ফোঙজৰী :—
কুমারী হাওবম সত্যবতী দেবী
কাংঙবম লৈকাই
ইম্ফাল




অহানবা কোংবা কোপী ৮৫০



নম্ফম :—
দি আর্ট প্রিন্টিং ৱার্কস
কাংঙবম লৈকাই
ইম্ফাল।

# খ্বাইহে থরদং

খ্বাইনা খঙন তানরব নল-দময়ন্তীগী ৱারী অসি ঐহাক্না অহল্লমনশিংগী মফমদগী তাজবগা অমস্নং লোল অতৈদা লৈশ্রিব লাইরিকশিংদগী ফংজবগা খোমজিন—শেমজিল্লগদুনা পৌরাণিক নাটক অসি ইজবনী। ফোঙবগী মতাংদস্ন মণিপুর সরকারগী মৈতৈ-সাহিত্য চাওখৎনবা থৌশীলগী পরেংদা মতেং ফংজদুনা উক্ত সরকারগী মফমদা ঋণী ওইজরে। লাইরিক মচা অসি মৈতৈ সাহিত্য ভাণ্ডারগী মচি অমদা তাদুনত লৈজরবস্ন নোমজবা মহৈ য়াম্লে লৌজগনি। লীলা অসিস্ন এরিয়ান থিয়েটরগী কলাকার-শিংনা হন্না হন্না শান্নখ্রবনী।

হাওবম ইবুঙোয়াইমা সিংহ

# নল-দময়ন্তী

## লীলাগী মীশক

### নীপা

| | | |
|---|---|---|
| নল | ... | নিষধ লৈবাক্কী নিংথৌ |
| পুষ্কর | ... | ,, ময়াম্বা |
| বিদূষক | ... | নিংথৌগী মরূপ ব্রাহ্মন |
| ভীম | ... | বিদর্ভ লৈবাক্কী নিংথৌ |
| কলি | ... | |
| লক্ষ্মণ, মন্থুরা | ... | চামাড় |
| ঋতুপর্ণ | ... | নললবু চঙজফম পীব নিংথৌ। |

ইন্দ্র, বৈতালিক, মন্ত্রী, থোঙশঙ্ বানচিংবা।

### নুপী

| | | |
|---|---|---|
| দময়ন্তী | ... | নলগী রাণী |
| সবিতা | ... | পুষ্করগী রাণী |
| সুপ্রভা | ... | দময়ন্তীগী সখী |
| ব্রাহ্মণী | ... | বিদূষক্কী নুপী |
| সুখদা | ... | চামাড় নুপী |

# নল-দময়ন্তী

---

১বা পন্দুপ

১বা উৎপা।

## বন মনুংদা লৈব শিবগী মন্দির।

সন্ধ্যা।

মন্দিরদা আরতি তৌরি। মোইবুঙ অমশুং শঙ্খ মখোল। স্তোত্রগী মখোল। সখীশিংগ দময়ন্তী হুইশা শরুই অমসুং খুরুমই। আরতি তৌরিঙৈদা মৃগয়া চৎলুবদগী হাল্লক্লবা নল মহারাজ চঙলক্লুনা মন্দির ময়াদা ফমদুনা আরতি দর্শন তৌরমই।

সখীশিংগী ইশৈ :

শিব সদাশিব! খুরুমজরি এখোয়না
খুবাং তল্লা লোম্বনা।
ত্রিশূল খুত্তা পায়রিবা
ডমরু খুৎতা য়াল্লিবা।
নীনি পানব থাজনা লাইবক্তা
ভাগীরথী গঙ্গানা কোকথক্তা
নীলকণ্ঠ নহাক্কী লৈতেং ওইরি।

আরতি লোইদুনা দময়ন্তী সখীশিংগা মপান থোক্লকপদা নল মহারাজবু মুন্না য়েংই। নলস্থু দময়ন্তীবু চিংনা ঙহাক য়েংলগা হংই।

নল। ইবেম্মা নহাকপু কনানো?

দময়ন্তী। ঐ বিদর্ভ নিংথৌগী মচানুপী দময়ন্তী হায়বী অদুনী।

( মহাকপুস্থ হংনব সখীদা খূজীন্না শীকপা )

সুপ্রভা। মহাশয়দী কনা ওইরবনো।

নল। নিষধ লৈবাক্কী নিংথৌ নল হায়বদু ঐনী।

(মোমোন নোক্নুনা নলবু হন্ন। হন্না য়েংদুনা দময়ন্তী সখীশিংগা চংথি নলস্থু চিংনা য়েংদুনা লৈহৌই।)

নল। চংশ্রে। নোংথাংগুম ঙহাক্তং ঙাল্লম্লগা চংখে। মীওইবনবু অশুক ফজবা! মী নত্তব তাই। সর্গগী লাইরেম্বীনা মায়া তৌদুনা তাইবংমীবু শুক্কাৎকে লাকপনী শোয়রোই। অদুবু মশানদী বিদর্ভ নিংথৌগী মচানুপীনী হায়রমই। অসিবু থাজগদ্রা? মাগী মশক অদু য়েংবদদী ওইদবা হায়রমগনী নীংদে। লাইদী নত্তে, মীনী। ও.হাক্রা পূক্নীং হুনবগী মশক্নীদা নীংথিজৈদা।

( তপ্পা তপ্পা চংখে )

২বা উৎপা

## লম্বী

হন্না হন্না য়েংহুনা দময়ন্তীগা সখীশিংগা চঙকপা।

দময়ন্তী। উঃ—(মখোঙ পায়হুনা ফমথৈ)

সখীশিং। কৈদৌরে ইবেম্মা! তিঙ্খংয়ুরবরা? (খোঙদা মাহুনা য়েংই) তিঙ্খংবু লৈতেনে। (মোমোন নোক্কুনা) খঙব্রেনে থম্মোইদা য়ুব তিঙ্খংলা করিনো?

(ময়াম নোক্নগা নলনা লাকপ মায়কৈরোমদা য়েংবা, নল উহুনা দময়ন্তী থোকখি, ময়াম ইন্নখি। মখোয় ময়াম য়েংহুনা নল চঙকই)

নল। চংখ্রে, মাদী চংখ্রে। মীচীক মীরাগুখোল তাদ্রব মফম অসিদা ঐ ইথম্ত কমহুনা কৈদৌনি।—আদা লাক্লিব অসিনা কনানো? মহাকস্নু নীংথিবী অহু তান্নরক্লিবরা? য়ারোই ঐ নত্তনা অতোপ্পা মী অমনা মাগী আশা তৌবা য়ারোই। ঐদী পুন্শী চুপ্পা মাগী আশাদা অসুমক লৈখ্রগে। পুন্শী অসিদ নত্তে মপোক মপোক খুদীংগী।

বিদুষক চঙলকই

বিদুষক। রাম রাম। ওস্হোক্না যাত্রা ফংলকখিদ্রমালেদা। শা তানবনী হায়হুনা লাকই, ঐহুম শা ওইররে। নিংথৌস্নু মাঙথোকখ্রে। ঐনা তৌগদবসি করিনো, কদোমদা চংকনী,

লম্বীস্থ খঙদে। তৌফম খঙদে! (মখুৎ অনীনা চুবা মেত্তুনা ফমই)। লাম্বনা পুকস্থ মথক মখা ওল্লে। খোঙ-খুৎ শিৎত্তিংথোক্তুনা কপ্পীংইদা—কান্নদেদা, লাইবক্তা তম্বা অম লৈরম্মগনী। মীৎ চেৎচেৎ উইশিন্দুনা নাম শোন্দুনা লৈরগে (মীৎ উইশিল্লী) শিব! শিব! শিব।

নল। মরূপ! নঙদী কদোমদংগীনো?

বিদূষক। কনানো? তাৎ তৌরনু। মরূপ ককা হায়তুনা তৌশিন-বীরক্রগনু, উৎ চাইশিল্লক্রগনু। ফনা হায়তুনস্থ ঐনা তাগদোবা লৈতে।

নল। ঐনীনে মরূপ। কৈদৌরবগে নঙবু অঙাওবদৌনা।

বিদূষক। মুংঙাইনেহৈ, ফনবু হৈরিনে মীগী মখোল তম্বা। ঐখোয়গী মহারাজগী খোম্ফমবু ফনা নীংথিনা মাল্লিনেসে।

নল। করেম্মগনু মরূপ! নঙনা করেম্মবা তারগা মুংঙাইতবা য়াম্না হেল্লী। ফাগি তৌবা হায়বসে মতম লৈবনী। ঐদী লম্মুক্রব মীনী। হৈশা ইথত্তফাওবা খঙতদ্রবনী। হায়ু মরূপ! কমদৌরগা মাবু উবা ফংগদগে?

বিদূষক। (নলবু য়েংলগা) মহারাজ করি তৌরবগে?

নল। শক অদো নঙদী উহৌদ্রে। করি হাগ্ননা তাকনী! মরূপ! মানা ঐগী থরায় পুখে। পান্দম্নীঙাই লৈতব শক্নী। ঐদী মাবু থিখিনি ...

বিদূষক। ফনা গুক্রুরবগেনে, মহারাজবু স্নাবুদ্ধি খর চোইরবরা। লেঙনবহুম তৌরসি কান্নদেদা।

নল। নও চংলম্মো মরূপ! ঐদী মুংশিবীহু থিরুথিনি। (চংখি)

বিদুষক। মহারাজ কদাই লেঙলিবনো—চান্নবরনে? কনা লাইনোনে? মুপী-উরুবা—উম! মুপীনা চিংবককা হায়বসি কনগ্নবোরে। পুমগুাও হেক ঙাওইদা। সংসারসিদী করিসু নৈরমত্রেদনা। করাপ-মপাং মনাই মশালককা হায়বসিদী কৈথেল হাংগল লকপদা ময়াম গুং থিলমগা মহৈ মহৈ চংনখিবা, খাই মাঙনখিবহুগা করিসু থেমদে হায়বনীমা। ঐদী মহারাজ মগয়া লেঙগনি থোঙল তৌগদৌরিবদী হায়দুনা চাকমক পুক থন্দবমথৈ চাদুনা লাকই। অসোমদগী অমনদী মনাই-মশল কক্কা অমতা হন্না য়েংদনা হেলোয়না পুবদোন্না চংব্রে। হৌজিক ঐনা তৌগদৌরসি করিনো। মহারাজগী অতাবী অম থঙদনসু করম হনসিবা। কনাগী ককা মহারাজসু মহারাজনা থোকপা, ঐসু ঐনা থোকপা, খেংউকো মীগী দেশ অসিদা। লুরদী লুথে দা, ইথম্ব হন্নবগী শক্তিসু লৈতে। হে লাইবক! মীগী দমক্কা পোকপিরম্বা। কান্দে, রাম রাম শোন্দুনা মহারাজগী হীরী কোলুবা হায়বদুনী।

শিব! শিব! শিব!

(চংখি)

৩বা উৎপা

# বন।

## নল চঙ্‌লকই।

নল। ঐনা ঙসি উরিবসি অঙকপ ঙাক্তা ঙায়খ্রে। মঙলা তাইবঙলা। দময়ন্তী কৌবী নীংথিজরবী নিংথৌ-মচানুপী অমা উরুরে। অদুদগী অসুক মমথ্রব অহিং অসিদা থাবলনা পুংবা থোক্লে। থাগী মঙালনা ইরংলংলব ঈশিংনা পিকথল্লব পুখ্রী অমদা কাও মপৈ অম পুংবা পুংবা ইরোইদুনা শাম্নরম্মী। অদুদগী মশানা সনাগী মচু মাল্লব ঙোরোক ঙোরব কাও অমনা ঐঙোন্দা চঙশিল্লকুনা মীরোন্দা শেংনা হায়রমই "তরেংনি পানবদা বিদর্ভ নিংথৌগী মচানুপী দময়ন্তীগী স্বয়ম্বর তৌগ-দৌরি, অদুগী ঐ বার্ত্তন লাক্লিবনী। রাজকন্যা অদুগী মথক্সায় নঙোন্দা কৎখ্রে। মহারাজ চৎলু রাজকন্যাগী বরমাল্য লৌরু।" অসি হায়রম্লগা কাওশিং অদুমু অদুম মাঙখ্রে; থাসু তাখ্রে, পুম্নম মমঙ্রে। করি মতৌনো'সিবো মঙনীসু করম্না হায়সিগে, ইমীৎমক্লা শংশংনা উহৌরে। করম্ব লাইগী মায়ানো?

(খঙহৌদনা মায়কৈ মরী পুমঙান ঙানবা, অমসুং ইন্দ্র থোক্লকপা)

নল। করিনো ইন্দকীসিন। করিনো? মূর্ত্তি অসিনা কনানো।

ইন্দ্র। নঙবু নিষধ লৈবাকী নিংথৌ নল হায়বদু নত্রা?

নল। মানী, নহাক্ক কনানো ?

ইন্দ্র। ঐ দেবরাজ ইন্দ্রনী। নঙগী নকমদা লাক্লিবনী।

নল। (খুরুমজনা) ননাই ঐগী লাইবক ফবনা ঙসি দেবরাজগী দর্শণ কংজবনী। ননাই ঐগী ইকমদা লেঙবিরকপগী মরম খঙজবা য়াগত্রা প্রভু।

ইন্দ্র। নঙগী ব্যবহার অসিদা ঐ পেল্লে। ঐগী য়াথং ঙাক্কে হায়না হায় ৱাশকখো।

নল। (মতোমদা) হায় ৱাশকখো হায় রিবসিবু করম্ব য়াথং তাকপি-পদৌরিবনো ? লাইগী য়াংথংদি ইকোক থোংনা পুগদৌবনী (কোংনা) তাকপিয়ো প্রভু ! ননাই ঐ ৱাশকচরে।

ইন্দ্র। মুঙাইরে মহারাজ। তারো হায়রগে। নঙগী নকমদা লাক্লিবসি যমনে, বরুণনে, অগ্নিদেবনে ঐখোয় মরিনী। মখোয়গী মাঙ থাহনা ঐনা হায়না লাক্লিবনী। ঐখোয় লাইনী, অমর ঙাকনী, স্বর্গদা রাজভোগ চাহনা মুঙাইনা লৈরিবনী। অহবু মর্ত্ত্যলোক্তী মুপীমচা অমগী মশক উরুবদা ঙাওরে। মাগী স্বয়ম্বরগ্ন খজীক্ত মঙায়রে। নঙবু মাগী মফমদা ঐখোয়গী পাউ খর পুবিরু হায়গে লাক্লিবনী।

নল। লাইমক্কা মশক উবদা ঙাওরবা অহুগুম্বী লাইবককবী মুপীমচা অহবু কনা ওইরবনো প্রভু ?

ইন্দ্র। বিদর্ভ-নিংথৌগী মচামুপী দময়ন্তী হায়বীহনী। মাগী মথৱায় নঙোন্দা কংথ্রে হায়বা ঐ খঙই। অহুনা স্বয়ম্বরদা মানা নঙোন্দা বরমাল্য হুক্রব শোয়ত্রবনী। মশাগী ওইজবা

থাদোক্লু়না লাইশিংগী উপকার তৌ। মশাম্থু রাশকপ্রবনীদা দময়ন্তীগী মফমদা ঐখোয়গী দূত ওইনা চৎপা তাদ্রে। ঐখোয়দা বরমাল্য হুক্নবদী ইন্দ্রাণী শচীদগী হেন্না মুঙাইনা পানবনী হায়না তাকপিয়ু।

নল। (মতোমদা) ভগবান! অসিনা অমুক করম্বা লীলানো? অমৃত খুজোক অম পীনবিরগা অমুক হৈদোকপিদ্রে। আশাগী মঙাল অম উৎপিরম্লগা তম্না অমুক মুথৎপিখ্রে। করিগী অমুক মুংশিহৈত্রিবা? দময়ন্তী! করিগী দমক নঙনা কাঙ থারক্লু়না ঐঙোন্দা নঙগী পুক্নীংগী রা খঙহল্লরিবা!— করিগী পূকচেল অমুক শোল্লিবনো! ঐবু লাইশিংগী মফমদা রাশকপ্রবা নত্রা? করিগী নত্তব ভাব খল্লুরি। চৎকনী, দময়ন্তীগী মফমদা লাইশিংগী পাউ পুত্থুনা চৎকনী। নিষ্কাম প্রেম তানগনী।

ইন্দ্র। করি খল্লি মহারাজ? রাশক ঙাক্লরোইদ্রা? ক্ষেত্রিমচানা অদুম তৌবা হৌনবরা।

নল। প্রভু! লাইগী য়াথং ঙাকপদা ননাই ঐ মায় লৈজরোই। হৌজিকমক চৎচরনী। অদুবু প্রভু! ননাই ঐগীদী খুৎলাই য়াওজদে। থোঙশঙবদী খুৎলাই পায়রমগনি, ননাই করম্না চঙগনি?

ইন্দ্র। ঐগী বরদগী মী উহন্দনা চৎপা ঙম্বা ওইয়ু।

নল। ননাই ঐ চরন্দা খুরুমজরি (খুরুম্বা) ইশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্ব বর পীনবিয়ু।

(পুম্নমক থোক্কথি) . .

## ৪ বা উৎপা।

## বিদর্ভ-কোনুংগী লৈকোল।

### নুমিদাংৱাই।

দময়ন্তী

দময়ন্তী। অহিং তুমদবনা ঐগী কোক অসি য়াম্না শাগ্রে। অঈংব মুংশিং য়ৈহল্লগা খর ঈংগবরা হায়রগা থোইনত্থুম হেল্লে।

( মুঙ অমদা হীপ্লোই লাকপোই তৌবা )

থম্মোইমুংদা চাক্লিবসিবু কনানা খঙবিগদগে? ইতাশিংদা হায়ক্লরে ঐগী দমক খর ৱাবিগবরা, খনবিগৰরা হায়রগা করেম্মরকই। হা ইবুঙো! তোল্লবীসিবু ননাই ওইনা লৌশিনবীররোইদ্রা? থৱায় হকচাং পুম্নমক নঙোন্দা লোইনা কৎথ্রবনী। নঙগী থম্মোই অত্থুদা তোল্লবী অসিগী মক্কম মচেৎ অমত ফাওবা ফংলরোইদ্রা? নহাক্লা লৌশিন-বীবা লৌশিনবীদবদী খঙদ্রে, তোল্লবীগী থৱায়দী নঙোন্দা কৎথ্রবনী। মপোক খুদিংদা ননাই ওইবা পীনবিয়ুকো।

( অৱাব ৱাখল তৌনা তুমথখিবা )

ঙহাক লৈরগা সুপ্রভাগা সখী

অতৈগা চঙকপা

সখীশিংগী ইশৈ

কনাগী মপাউ ভাইরিবনো লৈকোন্দা!
কনাগী মূর্ত্তি লাংলিবনো থম্মোয়দা!
মুংশিতেন্না পাল্লবী মুংশি-ঈখৌ লাংলবী,
কোরৌহনবা ময়ুম চঙখরে,
উচেক-রায়া মকোন থিরক্লে
মুংশি-পোংলুম পুত্থনা
হল্লো নঙসু নয়ুমদা।
থাবলনা য়ৈরগা হেনগনী অরা-মৈচাক।

দময়ন্তী। (মঙদা) ইবুঙো! তোল্লবীবু হুন্দোক্কুনা লেঙখিগনু। লাইগী প্রেম পামজদে ঐহাক। স্বর্গগী মুঙাইবসু মীহৌজদে। দেবস্রানীসু ওইজনীংদে। দময়ন্তী হায়বীসে নলগী মনাইনী। নল নত্তনা অতোপ্পা নীপা অমবু খল্লুবা লৈতে, ঐবু হুন্দোকপিগনু। (মীকপ থোক্কুনা কোয়েং য়েংই)

সুপ্রভা। মচাইবেমা! কনাবুনো কৌরিবদো! শৈলেশ্বর মন্দিরদা লাক্লম্বা মীশক অতুবুরা? মীকুপ অমত উহৌবা অতুবু মঙদ ফাওবা কৌরবা।

দময়ন্তী। সুপ্রভা মী কনা লাক্লম্বরা?

সুপ্রভা। অতুক কোইনা ঙাংত্রবসু নীপাচু লাক্লম্বরা হেক হায়ুবা।

দময়ন্তী। নীপা হায়বদে?

সুপ্রভা। শৈলেশ্বর-মন্দিরদা লাক্লম্ব নীপাদো। মচাইবেমগী থম্মোই -মন্দিরদা লাচ্চরিবা লাইদো।

দময়ন্তী। ফাগি তৌখিন্নুনে সখী! অওইবা হায়ু লাক্লম্বরনে?

সুপ্রভা। মচাইবেমনা মঙদা উববু ঐখোয়না তাইবঙদা উবা য়াববরনে?

দময়ন্তী। (মীংব কায়ল্লুনা) অদুদী মঙ ওইরে!

সুপ্রভা। ওম্থোক্না সুংশিহৈত্তব মঙনীদা মচাইবেমা।

দময়ন্তী। শৈলেশ্বর মন্দিরদ মহাক থেংনবা, অদুদগী কাঙনা পাউ পুরকপা অসি পুম্নমকসি নঙদী লোইনা খঙলিবনীদো।

সুপ্রভা। কাঙগী মচীন্দগী মানা ঐবু সুংশিবী হায়ব তাবদা স্বর্গসি খুংনা লাম্বা ফংবমুক সুঙাইরুরে। ঐগী স্বয়ম্বরদা লাক্লবা কাঙবু বার্ত্তনম্নু তৌহল্লুরে। অদুবু ওম্থোকপ মঙনীদা সুপ্রভা।

সুপ্রভা। করি মঙনোনে মচাইবেমা।

দময়ন্তী। লাইগী পাউ পুদুনা লাক্লম্মে। ঐবু লাইনা বরমাল্য হুকউ হায়রম্মে।

সুপ্রভা। হায়মা করি মঙদানো'দুদে? অহিং সুংথিল মাগী য়াখন্দা তৌদুনা লৈব মীদুবু মঙদা উববু করিম্নু ঙকক্ষম লৈতে। অদুগা লাইদা তাইবঙমীগী—লালসা তৌগনি হায়রবসিদী ঙকই।

(নল চঙলকপা)

নল। করিম্নু ঙকক্ষম লৈতে। ঐ পাউ অদু পুদুনা লাক্লিবনী।

দময়ন্তী। ইবুঙো,—সুপ্রভা, সুপ্রভা!

সুপ্রভা। ভাইখো পাথংখিম্নু মচাইবেমা! য়াদদী লোইনা তাখিসি।

দময়ন্তী। করি তাখিগে হায়বগেনে। ঐগী মঙ অদু চুমগদৌরবনীনে। সুপ্রভা কমদৌগদগেনে?

সুপ্রভা। ঙাইখোনে ইবেমা! অমুক্ত তাখিসিনে। (নলদা) কমদোবা।
হৌজিক হায়বীখিবহুবু!

নল। ঐ লাইগী পাউখোন লাক্লিবনী। ইন্দ্র, যম, বরুণ, অগ্নি লাই মরি অসি দময়ন্তীগী রূপ্তা শুদ্ধাংগ্রে। মখোয় মরিগী মরক্তা অমগী সেবা তৌ দেবেন্দ্রানীদগী হেন্না মুঙাইনা চাউনা লৈহনগনী হায়রকই।

দময়ন্তী। করিনো তারিবসিবো। কাঙনা পুরকপা পাউ অহুদগী পুমওন ওন্নথ্রেনা। ঐদী তোল্লবী মুপীমচানী, পুক্নীং-হকচাং লোইনা নঙোন্দা কৎথ্রবনী। স্বর্গগী মুঙাইবা ইন্দ্রানীগী খুবম করিমতা পামজদে। নিংথৌ ওইরে অহুমঙায়, লক্ষ্মীগী চাকনিবা ওইরে অহু মঙায়; নহাক্কী ননাই ওইবদনী ঐনা তাঞ্জরিবা। মপুরোইবনবু অস্থম তৌহুনা মাগী মুপীবু মমং অনীশুনবা তাকপিবা হৌনদে।

নল। নিংথৌগী মচান্নুপী ইবেমা। ঐবু অমুক ব্রাহল্লগন্থ। নলদী ঙসি লাইগী পাউখোন লাকপনী, মশাগী ওইনা লাকপা নত্তে। থম্মোয় অসি শেগায়হুনা উহনবা ঙন্নবদী থুপ্তুনা লৈরিব নঙগী মূর্ত্তি অসি উগদোবনী। লাইশিংগী মকমদা ব্রাশকথ্রে। ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা লাইগী থবক পাঙথোক্লবা তৌগে হায়খে। পুনশিচুপ্পা ঐদী চাক্তুনা অস্থম লৈখ্রগে। নঙদা মুঙাইরগা লোইরে। হায়রো নহাক্কী পুক্নীং করিনো। নঙগী পাউ অহু লাইয়ামদা অমুক তম্মুখিগদোরিবনী।

দময়ন্তী। ইবুঙো মুপী অপঙবীনী হায়দুনা করেম্নবীরিবরা! হে ঈশ্বর ইবুঙো ননাইবু কনবিয়ু। ইমা ইবেমা সতীরানী! ননাই ঐগী অরাবা উবিত্রবরা? ঐ ঙমগ্ররোই, ঙমথ্রোই। মুমীৎ থা থরাম্মিচাক শৈলেশ্বর প্রভু। দেবদূত ওইরিব ইবুঙো নহাকম্নু সাক্ষীনী–ঐগী ইবুঙোদী নিষধগী মবুঙোনী। অমবু ওইরবম্নু অমবু ওইরবম্নু নীপা অতৈদী ইপাগা পাঙ্খকনী। লেঙো ইবুঙো! অস্তুম হঙ্গচ্চরকই হায়না লাইশিংদা তম্বীরু। অত্নগা স্বয়ম্বরদদী লেঙবিরকউকো।

নল। ঐদী ঐগী রাশক করম্বা ঙাক্কনী'দুদী?

(থোকখি)

দময়ন্তী। করিনোনে সুপ্রভা। মত অত্নদী অচুম্বা ওইরেদনা। ঐ লৈবা ঙমদ্রে সুপ্রভা।

সখীশিংনা কোন্দুনা দময়ন্তীবু
পুথোকখি।

৫ খা উৎপা।

## লম্বী—নুমিদাংঙ্গাই

( কেরল রাজকুমারগা কাঞ্চি রাজ
কুমারগা মায়কৈ অমমমদগী
চেনশিল্লক্লুনা থেঙ্গাইনবা।
কেরল রাজকুমার "শিরে শিরে"
হায়তুনা তুবা। কাঞ্চি রাজকুমার
মনাক্তা চঙশিননা )

কাঞ্চি রাঃ কুঃ। করিনো মুপী মানথেদ্রা! থিত্ত থেংবদা শিরগদৌবত্থ মঙায়। মহাশয় কয়া থীনা শোক্লবগে। তারিবরাও?

কেবল রাঃ কুঃ। অয়ো, অয়ো ইমা।

কাঃ রাঃ কুঃ। করিনো নাহেত্থনা লৈরবসিবো! কয়া থীনা শোক্লবগে।

কেঃ রাঃ কুঃ। (মতোমদা) মীগী খোঞ্জেমীনে। ঐনা চিংনরম্বত্থদী নত্রেদনা। থরমুম্না য়েংখিব তাই ( মমীং উইশিন্দুনা লৈ )

কাঃ রাঃ কুঃ। করিনো করিমতা লেঙখিত্রেনে। মহাশয় তারিবরা? ( কম্না ঈনবা )

কেঃ রাঃ কুঃ। মোনবদী ফন মোল্লী, য়ু—লাক্কেয়ে (লেঙই)

কাঃ রাঃ কুঃ। এ লেঙবদী লেঙঙে। তারিবরা মহাশয়? (অমুক ঈনবা )

কেঃ রাঃ কুঃ। (হৌগত্তুনা) য়ারোবিগত্থ মহাশয়।

কাঃ রাঃ কুঃ। ত্বাবুদী কৈদ্ভু লৌদেদা। কম্মিবু তৌরবঙ্গেনে? মহাশয়-
বু অনাব ককা হৌবরা মরক মরক্তা?

কেঃ রাঃ কুঃ। থোইদোকপা তৌদে।

কাঃ রাঃ কুঃ। অদু কৈদৌরবা?

কেঃ রাঃ কুঃ। মহাশয়না ঈনবত্নুনা খিত্তং চিংনরুরে।

কাঃ রাঃ কুঃ। কন্নিগী চিংনম্নিবা ওইরবনো?

কেঃ রাঃ কুঃ। মথোয় তান্নরকখরা হায়ত্নুনা খল্লুরে।

কাঃ রাঃ কুঃ। মথোয় হায়বদে! মুঙাইনদব মী লৈবরাও?

কেঃ রাঃ কুঃ। লৈজদে।

কাঃ রাঃ কুঃ। অত্নুদী কনানীনা?

কেঃ রাঃ কুঃ। তম্নব লাইনীমা।

কাঃ রাঃ কুঃ। কন্নিনোনে হায়বীম্নিবসিবো।

কেঃ রাঃ কুঃ। নিষধ লৈবাক্কী নিংথৌ নল হায়বত্নুগী মমিং তাবি-
দ্রিবরা?

কাঃ রাঃ কুঃ। তাজরে।

কেঃ রাঃ কুঃ। অত্নুগা বিদর্ভ নিংথৌগী মচানুপী দময়ন্তীগী মিংদী
তাবিরবরা?

কাঃ রাঃ কুঃ। তাজরে হোয়।

কেঃ রাঃ কুঃ। দময়ন্তী ফংত্রা রেংগে হায়ত্নুনা মাগী স্বয়ম্বর চৎলুই।
স্বয়ম্বর সভা হেক য়োবদা কোকচাউবী ফুং কাপ্রে। নলবু
অমতম্নু নত্তনা মঙাথক পুন্নপ লৈরম্মীনে। অসিবু অঙকপা
নত্রদো, তম্নবা নত্রদো। অত্নুদদী ঐম্নু শিবু শিত্রবদী

দময়ন্তী মপীং লাকওমদবমথৈ থেংনরকখিনি হায়না চেল্ল-
কইবনীনে।

কাঃ রাঃ কুঃ। অত্থক পাণ্ডবা!

কেঃ রাঃ কুঃ। করি হায়য়ে! ঐবু পাণ্ডবা হায়জব শারিয়ে। লাউ
য়েঙো লাউ ( থাঙ শত্থুনা ) পাম্বোমগী পাঙ্গলতনা দময়ন্তী
লৌবা ওমদবরা য়েঙো লাউ।

কাঃ রাঃ কুঃ। নাপন তৌথুনা কল্লাবপোং নত্তেদা। প্রপ প্রপ
চৎথোকহৌসি। হৌজিক মমলি মমলিরকপসিদা হৈবোং
পাম্বীসিনা দময়ন্তী ওইথুনা চোংথোক্লক্লবদী মীওই থীনী।
( থোকখি )

কেঃ রাঃ কুঃ। করিনোনে মানা হায়জব শারিবসিবো! মানা তাকপি-
ব্রবসু মমশিল্লক্লে হায়ববুদী ঐসু থঙজৈনা। (চৎকে তৌবা)

( রাম রাম শোন্দুনা বিথুষক
চঙলকপা, কেরল রাজকুমার
উদথুনা থেংথুনা তুবা, রাজ
কুমারসু তুবা, বিথুষকপু চেৎনা কোনশিনবা )

বিথুষক। বাবা নঙ কনানো ?

কেঃ রাঃ কুঃ। নমীৎপাল্ল্রা ? করিমতা উদ্রা ?

বিথুষক। খর খরদী উরিয়ে অত্থবু উবক ওইদোরে। মীত্তী লৈরি
হায়ববু উদ্রে। বাবা! ঐদী লাইরব ব্রাহ্মণ্মী। মহারাজগী
থোগল তৌথুনা শা তানবা লাকপনী। অত্থদা তম্বব লাই
য়াম্মা থেংনরে। অত্থুনা মীৎ অসে ঐনা উগে হায়থুনা শংথুনা

17795



য়েংঙ্গবদী মীৎ মথন্তনদী উজদ্রে। বন মন্নুং অসিদা পুক্ষী তৌরে, পুক্ষীছুদা সনাগী কাণ্ড অম থোরক্লে। চৎলু চৎলুবা মায়কৈদা অণ্ডকপ ণ্ডাক্তা উদ্রে। থন্নায়দা হিংনবা হায়ন্থুনা মীৎ অনীসি উইশিঞ্জরবনী। নিংথৌম্ন মুপী তান্নংগ্র। ঐস্ন মীৎ উইশিন্দুনা নিংথৌ তান্নরিবনী।

কেঃ রাঃ কুঃ। অদুদী চুম্বা তারে। নওগী নিংথৌ হায়রিবসিগী মমিংবু নল কৌদ্রনে। ঐস্ন দময়ন্তীগী স্বয়ম্বর সভাদা ওস্থোকপা মতৌ অমা উদুনা চেল্লক্রবনী। সভা অদুদা নলবু মণ্ডাখক লৈরম্মীনে। নখোয়গী নবুঙোছ মশক ককা থণ্ডবা পোৎ নংঘ্রিদ্রে।

বিদুষক। হায়রিবসিন্দী মহারাজদী সভা অদুদা শোয়দনা লৈরম্বা তারে। স্বয়ম্বর সভাগী লম্বীদু অমুক্ত তাকপিয়ুবা।

কেঃ রাঃ কুঃ। ইমাইপেম্মা। ঐবু হৌজিক অদোমদা অমুক ওনবা!

বিদুষক। হৌজিক চৎকদৌরিব মায়কৈ অদুম্ন অঙ্খানী।

কেঃ রাঃ কুঃ। স্বয়ম্বর সভা চৎকে হায়রবদী নোংপোক ওন্দুনা অদুম চৎখো। শিন্দীংদ্রগা ঐগী ইতুং ইল্লকউ।

(থোকখি)

বিদুষক। শিন্নে অদুমণ্ডায়রে, চণ্ডলে অদুমণ্ডায়বে। মহারাজ থিদবদী য়াদে।

(থোকখি)

৬ বা উৎপা।

## কুলদেবতাগী মন্দিরে।

## নুমিদাংৱাই।

( লৈপরেং পায়তুনা দময়ন্তী চঙকপা )

দময়ন্তী। করি মতৌনো ? স্বয়ম্বর সভাদা নল মঙা পুল্লপ লৈরে। খঙসে লাইগী লৌনমী। লাইবক থীবী ঐবু ওঙ্খোক্লা ৱাও হায়না তমগ্রবোরেদকো। হৌজিক ঐগী ইবুঙোগী মশক করম্না খঙগনি। ইমা ইবেমা সতীরানী ! ননাই ঐবু ওঙ্খোক্লা মুংশিবীদেদা। সভাদদী নল মঙা লৈরে। ঐগী ইবুঙোগী মশক্কদী খঙহনবিয়ু।

( দৈববানী )

দৈব। দময়ন্তী। নঙ করিগী দমক ৱাবগে ? নল মঙা লৈরিবতু লাইনা নঙবু ৱাহনগে তৌরিবনী। মরিদী লাইনা শান্নিবনী মখোয়গীদী মমি লৈরোই। মমি লৈবা অদু নল অশেংবনী খঙু।

দময়ন্তী। হে দৈববানি। নঙগী থৌজান্দগী ননাইগী অৱাব কোকচগে।

( সুপ্রভা চঙকই )

সুপ্রভা। মচা ইবেমা। করি লীচৎনো তৌরিবসে ? লৈপরেং পায়তুনা সভাদগী চেনগ্রবদী কৈদৌরে ? নিষধগী মপু নল

হায়বত্থ সভাদা নওবু ভাইদ্বুনা লৈরে হায়। চৎসি লাকও পূংকম হেনখিগদোরে।

দময়ন্তী। অওইবরনে সখী? ঐগী ইবুঙোবু সভাদুদা য়াওবরনে? সভাদদী নল মঙা লৈহৌই।

সুপ্রভা। কদাইদা নল মঙা লৈরিবনোনে? নল অমতনীনে। মচা ইবেম্মনা শেরান তুরান উবনী।

দময়ন্তী। খঙলে সখী। ঐগী ৱাশক তাবদা লাইনা শাউদ্বুনা তৌরিবনী। ঐদী হৌজিকস্থ হায়রিবসিনী। ঐগী ইপুরোইবদী নল মহারাজনী। অতৈদী ইপাগী পান্দম্নী। লাইশিংনা মসিদা পেন্দ্রবদী ঐগী নীংবা থুংহন্দ্রবদী মফম অসিমক্তা হৌজিক মক থরায় থাগনী।

সুপ্রভা। ফরে, হায়রিবসি অওইবরা ঐ তাংদাঙবা অমতং খঙলুখিগে।

( থোকখি )

দময়ন্তী হে পশুপতি! ননাইবু করিগী অস্থক থোজানবিদবগে? লাইশিংনা শাউই হায়দ্বুনা নহাকস্থ য়াওনা ঐবু শাউরবরা? পিশক পীক্লিভৈদগী নঙবুদ নীংজদ্বুনা নঙবুদ লাচ্চদ্বুনা লাকপনী। ননাইবু অস্থক সুংশিবিদ্রবদী ঐনা হিংদ্বুনা লৈবগী করি কান্নরি? অদুগা প্রভু! হন্দকী মপোক অসিদা ননাইগী নীংবা থুংহনবীদ্রবস্থ হয়েংমুক্কী মপোক্কদী নল মহারাজবু ইপুরোইবা ওইজবা ফংহনবীয়ু।

( মন্দির মন্নুং চঙদ্বুনা ত্রিশূল লৌথোক্লুবা )

হে মহাশূল। ঙসিদী ঐগী চঙজফম নহাক্নী। নঙবু থবাক্তা থম্নগা ঐগী অন্নাব কোকচখ্রগে।

[ নল পুহ্নূনা ইন্দ্র চঙলকপা ]

ইন্দ্র। দময়ন্তী। নঙগী সতীগী গুণ অসি উবদা ঐখোয় পেল্লে। মহারাজ নল ধন্যনী। নখোয় অনীগী ন্নান্নী অসি জগৎকী ইতিহাসদা ময়েক লানা লৈহৌরসন্নু। জগৎ অপুম্বনা নখোয়গী গুণ শকহৌরনী। ( লৈ পারেং পীহ্নূনা ) চঙলকউ লাউ, নঙগী বরমালাসি মহারাজ নলগী ঙকশমদা হুক্লো লাউ।

(দময়ন্তীনা নলগী ঙকশমদা
লৈ পরেং হুকপা থুরুম্বা )

মপুরোইবগী মফমদা লেঙদবা ভক্তি লৈবা ওইসন্নু। ঙসিগী নখোয় অনীগী শুভবিবাহ অসিদা ঐনা অউনপোৎকী মশক ওইনা মহারাজ নলদা মীনা উদব বিদ্যা পীরবনী, অগ্নিদেবনা মৈ য়াওদনা চাক থোংবগী বিদ্যা পিবিরে, যমনা প্রানীবধ বিদ্যা পীরবনী, বরুন্না হেক নীঙকপা মতমদা ঈশিং ফংনব বরম্ন পীবিরবনী।

দময়ন্তী। দেবরাজ। ননাইগী মফমদা মপাল নাইদ্রব থৌজাল উংপিরে। ননাই ঐখোয়গীদী ভক্তি নত্তনা অতোপ্পা পোৎশক অম কচ্চনীঙাই লৈজদে।

( নল দময়ন্তী অনীমক
থুরুম্বা — নোংথক্কগী
লৈ চাইথরকপা )

২বা তাঙ্কক

২বা উৎপা

# নিষদ-কোংনুগী নৈকোল।

## নুমিদাংবাই

দময়ন্তী

ঈশৈ

মালং ইপোম লাকপদা,
লৈবাংনা নোমনোম হাইবদা,
করিগী শাউদুনা ঙংলিবা,
খোইমুলাবা খ্বাঙজেংবা।
লৈরাংনা খোয়বদী মশিন্নী,
শানৌনা ওইনবদী হৌনশানী।
খোয়দাব লৈরাং লৈরুনা
পুক্নীং তাব মুরা থেংনদুনা
করিগী শাউশিন্নরি মীওৎপা।
[সবিতা লোল্লা চঙজুনা দময়ন্তীগী
মমীৎ খুমজিনবা]

সবিতা। ঐ কনানো হায়ুদনা।

দময়ন্তী। হায়ুরা! ঐগী লোন্নবী।

সবিতা। চরোদা—অহুম হায়রবা হৌনদেদা।

(সবিতানা মমীৎ হাংদোকপা)

দময়ন্তী। হায়মা, ইচেবেম্মা ওইরে ?

সবিতা। হৌজিক কোকিল ঈশৈ য়াম্না মুংশিনা শক্লবত্থ তোক-খ্রেদো !

দময়ন্তী। ঐবু ইশৈ শক্লমই হায়রিবা নত্রাদো ? ইচেবেম্মদদী কনানা হায়রিবা ?

সবিতা। কনানসু হায়দে, ইথন্ত তাহৌবনী। ইশৈত্থ মুংশিমন-থত্নুনা মখুল থিরক্লিবনী।

দময়ন্তী। হৈতে মুঙাইতে হায়ত্নুনা নোক্লরিবা নত্রাদো ?

সবিতা। য়েংউনেসে, কয়াদনোনে। ঙাইখোনে নঙগী নখোলনে নঙগী নখোলসে কোকিলনা তমজনবা মশক্লী, বাঁশীনা ইকাইফম্নী অত্থদগী ইশৈ ওইনা শাক্তোক্লক্লবদী পান্দম্নীঙাই লৈখিদ্রে। কনাগী চাব-থকপ তোক্ত্নুনা নঙগী ইশৈদা তাত্নুনা লৈনীংখে হায়বা।

দময়ন্তী। অত্থদী ঐ অসিদী ইশৈদদী—করিবু হায়সিনো—মহা হায়বত্থ ওইরেদনা।

সবিতা। হোয়নে হোয়নে, মহা ওইরেনে ইশৈদদী। ঙাঈখো নহাক্না অসিদা নথন্ত লৈরম্লিবসিবু করি তৌরম্লিবনো ?

দময়ন্তী। অত্থনীনে, ঐসু অসিদা লাক্লিবসি করিগিনো হায়বত্থ কাউথত্নুনা ইশৈত্থম তপ তাবমথৈ শক্তোক্লম্নীবসিনীনে।

সবিতা। ঐদী খঙডীদো

ঙাইরিবনে ঙাইরিবা। অত্থবু নঙনা ঙাইরিবত্থদী হৌজিক্তি

লৈবাক্কী থবক তৌখি্রয়ে, নিংথৌগী থবক তৌখি্রয়ে। সংসার অসিদা নিংথৌগী থবক নত্তব অতৈম্ন য়াম লৈম্নি হায়বসে খণ্ডবিদেয়ে মখোয়দী, খনবম্ন খনবিদেয়ে চুম্নু চুমত্রনে ?

দময়ন্তী। (ইকাইহুনা, শাউশিন্নহুনা) মথোং চাখিত্রেদা ইচেবেম্ম-সিমা।

(থোকখি)

সবিতা। ভাইখোনে, তাখোনে।

(তায়খি)

[মায়কৈ অমরোমদগী পুষ্কর চঙলকই]

পুষ্কর। কয়া চুমখিত্রব নিয়ম্নো ? ইপা অমতনা পোকপা, ঐনা অহল, মহাক্না অতোম্বা। করি অধিকারদগী মানা নিংথৌ ওইরিবা। ঐনা মহাক্না খায়বা থর চাহুনা লৈরিব। করি ম্নাথন্দগী পাবুংনা মাঙোন্দা রাজ্যভার শিন্নরম্লিবা। লৈবাক অসিদা ঐগী অধিকার করিম্ন লৈত্রবরা ? অম্নুক চোপ্না লৈবা ঐ ঙম্মরোই। নলনা ঐঙোন্দা লৈবাক তন্থায় অম পীরে করে, পীদ্রে, ঐ মাগী মথক্তা লাল হৌরে, রাজবিদ্রোহী ওইরে।

[কলি চঙলকই]

কলি। ম্না করিম্ন লৈতে মরূপ! বুদ্ধির্যস্য বলং তসং। বুদ্ধি লৈরবদী পুন্নমক থোকই।

পুষ্কর। কনানো নহাকপো ?

কলি। মীশক তাক্লগা কৈদৌনিগদগে! মীশক্তী থইক্লা অত্থুম তাক্লকনী।

পুষ্কর। হৌজিক নঙনা পাম্লিবদী করিনো?

কলি। নঙনা পাম্লিবত্থুমক্কী ঐনা পাম্লিবা।

পুষ্কর। ঐনা পাম্লিত্থদী নঙ করম্না খঙই?

কলি। ঐ পাঙ্গি হৈ। মায়থোং য়েংবদা মীগী মপুক্কী রা খঙবা ঙমই। নঙনা প্রোক প্রোক চাক্লা খল্লীবদো, নঙগী মায়থোংনা লোইনা তাক্লে।

পুষ্কর। অত্থদী ঐনা খল্লিবসি করিনো? হায়বা ঙম্লবদী নঙ পাঙ্গি হৈ হায়বা ঐ থাজরগে।

কলি। নিংথৌগী মচা ওইমা পোক্লগা পাদি কংদবা, মমা তিল্লদবা মনাওগী মচাক চাহুনা লৈবা। অত্থনা নপাম্বোম পাঙ্গম্না নঙগী কংকম থোকপা কংগে তানগে খল্লিবা নত্রদো?

পুষ্কর। (মতোমতা) চুমখে্রদা। অত্তকপ বিদ্যানী। (কোংনা) অসিদা নহাক্কীনা করি তোংগদৌরিবা?

কলি। ঐ তোংজববু? লাইয়াম্ব্ চোপ হনখিবগী লমন থুমগদৌরিবা

পুষ্কর। কদাই, লাইযাম্ব্ চোপহনবা হায়বদী?

কলি। দময়ন্তী হায়বী চাউথোকপী অত্থনা মাবু আশা তৌব লাইশিংবু চোপহন্দুনা নলদা বরমাল্য হকখিবা অত্থগী লমন থুমখিগনি। লাইশিংনা ইকাইখিবত্থগী লমন্দী মখোয় অনী অসিবু লাক্লখিগনী, রাহনখিগনী।

পুষ্কর। হায়রিবত্থ শোয়দ্রবর বন্ধ্?

কলি। শোয়জবনী, মুত্তদা লাইরিক হৌবনী।

পুষ্কর। নহালমথৈ মরূপ লৈতদ্রুনা ইথম্ভ ভারররবনী মরূপ। ভসি নঙবু ফংজবসিদা ঐগী মুত্তাইবা লোইরে।

কলি। নত্তে মরূপ। কোয়া মুত্তাইমিম্নসি। থবক পাঙনবা হায়া ত্তৌখিসি।

পুঃ। হায়রো মরূপ। ঐবু করি তৌ হায়বগে?

কলি। থবক্তী য়ায়া লায়ত্রবপোৎনী। নলসে চৌবর শান্নবা য়ায়া পাম্বনী, হৈবম্ব হৈবনী। চৌবর শান্নসি হায়ু।

পুঃ। ঐদী চৌবরদী অত্থক য়ায়া হৈতে। কদাইদগী মাবু থোইবা ঙমগদগে?

কলি। এ, থোইনী শোয়দনা থোইনী। সে যাত্বগী শরূ'সি লৌসে। মাসিনা শান্নগদৌবনী। য়ামথীন থোইত্রদৌব পোৎনী। অত্থদগী মানা পোবত্রদা শাউরক্কুনা লোইনা থাদোক্লগদৌবনী, নঙনা লোইনা লৌশিন্নগদৌবা। মমৈদা লৈবাককা থাদোক্কুনা মত্তে-মনাউ বন্দা হেক চৎপা মতম অত্থদা ঐগী নীংবা থুংগদৌবনী।

পুষ্কর। মরূপ। অমুক্ত কোম্নসি ( কোম্নবা )

কলি। চৎলো থবক পারখৎলুরো, ঐস্থু চৎলগে। ( নাকলদা য়েংথোকপা ) এ মলস্থু লাক্লে, থবক শোয়বা য়াদে চেকশিম্না ত্তৌকো।

( চৎখি )

পুষ্কর। লাইবক্তী ফরক্লেদনা। নত্রবদী তাঙ্গাসি, অসুম্মা কদাইদমী থোক্কদগে।

[ নল চণ্ডলকই ]

এ নঙসু লাক্লেদনা! ইয়াম্বসু নঙবু ঙাইরম্মিবনী।

নল। করিগী ওইরবনো ননাইবু ঙাইবিরম্মিবদী য়াম্বুং?

পুষ্কর। অতৈ থোইদোকপা নত্তে। নঙগী দমক্লীমা ইয়াম্বনা খল্লম্মিবা। মুংশিং লাংগে হায়তুনা ইয়াম্বসু লৈকোল অসিদা থোরকপা। অতুদা অসুম খল্লম্মিবনি — নহাক্লা অহিং-মুংথিল লৈবাক্কী থবক, রায়েল-বিচার রাজ-নীতিদা তৌত্নুনা লৈবসিদা কোক অতু কয়া শাররিগবা, হকচাং শোকপা তারে। হকচাংনবু ফত্রবদী নিংথৌ ওইত্নুনা কৈদৌনি। অতুনা নিংথৌগী থবক তৌরুরবসু ঙহাক্কী পুক্লীং-হকচাং তেকখৎনবা খর তৌবা ফৈ। ঙহাক পোত্থানবা, চৌবর শাম্নসি হায়তুনা চৌবর শরু'সি থিরুরিবনী। চৌবর শাম্নতুনা ঙহাক পোত্থারুসি মুঙাইরুসি।

নল। ইঃ শরু'সিদে, ফজৱ্রেদা। শাম্ননীংঙ্গ্রেদা। অতুবু থবক্তী য়াম্না লৈহৌঙ্গ্রেদা।

পুষ্কর। রাজকার্য্য হায়বসিদী অমুক লোইগদৌবা লৈতে। নখোয় ঐখোয়দী শিখিগদৌবনী, রাজকার্য্যদী মুমীৎ-থানা লৈরিব অত্তুক্কী লৈগদবনী। নঙনদী করিসু খন্দবা, ঐদী ইনাউগী দমক খন্দবা ঙমদে, নঙগী দমক য়াদবা ঙমদে। হাকমল্লে,

নশা খর য়েংউ। ওহাকস্থ পোথাও, চৎসি ওহাক শান্নরুসি।

নল। ননাই ঐবু ঙাকপিয়ু য়াম্বুং! নোংমা থোগল তৌজগে। ঙসিদি মীকুপ অমকাওবা ননাই ঐগী অহাঙবা লৈখিদ্রে।

( থোকখি )

পুষ্কর। আশা থাখিরোই, তাঙ্গা ঙাইখিনি।
কনা কনা লৈ?

[ পুষ্করগী মনাইশিং অমস্থং
জগোইশাবী চঙক্লুনা খুরুমই ]
জগোই+ঈশৈ।

পুষ্কর। থারে, মখোয়গী পুম্নব পৎলব জগোই অহুগা ঈশৈ অহুগদ মতৌই। অসিদা হৃঞ্জিন হৃঞ্জিন য়েংবদা মীং অসি নারে। অনৌব অমত লৈজদ্রে হায়ব্রা?

মন্ত্রী। স্নায়াথং তাকপিরিবসি অওইবনীনে। মখোয়গী পৎলব ঙে ঙে অহুগা থেক থেক হেক মতৌজবা শারে। করি তৌজবা শারিবনো?

অঙম্বা। অওইবনী ইবেমশা! নখোয়স্থ কৈদৌবগে অনৌবা থোংস্থ খর মতৌথোক্লকউদনা।

মন্ত্রী। হায়বদী খোঙগী জগোইবুদী অহুমঙায়, থকীহু হায়দী খুৎকীহু খিক্তুং ওম্থোকউ হায়বনীমা।

অঙম্বা। অহু ঙঘদ্রগা উকাবীদোনা চোংহুনা হেক শাদোকউ।

মন্ত্রী। অহুস্ত ঙমেত্রগা রাহোং-জগোইচুম শদোকউ। অমুক্তং পাকথৌ হায়বনীমা।

পুষ্কর। চৎলো চৎশ্রো নখোয়। অমত্ত য়েংনীংঙ্গে।

[ জগোইশাবী থোকখি ]

নখোয়স্থ মীরেম ঙাক্সী করিমতা কামদে।

ময়াম। করিব্রানো মহারাজনা তাকপিরিবস্নিবো ?

পু:। মহারাজদী কনা। ঐবু মহারাজরনে ? মহারাজদী নঙগী নল হায়ব অহুনীনে। ঐদী মাগী চাকলেম চাব মীনী।

মন্ত্রী। শিব শিব মহারাজবু মহাক্সনে ?

অঙম্বা। হেরা মীরেমহুবু।

মন্ত্রী। মহারাজদী'সিদা লেঙশিল্লিবসিনীনে।

পু:। নখোয়না ঐনী হায়রগা হেক ওইবা য়াব নত্তেদা। নৈবাক্সদী মাবু নিংথৌনী হায়বী।

অঙম্বা। নোং-নিনিগী অহুক হায়জবা শাবা হায়বহুনী অজ্ঞা। নিংথৌবু নিংথৌ মত্তে হায়বা য়াবা নত্তেদা।

পু:। অহুবু কমদৌগদৌরিবনো ? শাসনদণ্ডদী মাগী মখুত্তা লৈরে।

মন্ত্রী। মাহু মুন্দুনা লৌগদোবনীনে অজ্ঞা।

অঙম্বা। শেত্তুনা লৌগদৌবনী। কদাইদনো লৌংকদৌবা।

পু:। মাহু ককা লায়রি ঙাইখো। নখোয়দা ঐনা করি হায়খি ?

( মন্ত্রীগা অঙম্বা খুনীংনা থিম্নহুনা য়েংনহুনা লৈবা )

মন্ত্রী। স্নায়াথং করম্ব তাকপিখিবা—

অঙস্বা। করিব্বানোনে বরমন্ত্রী।

ইতম্ভত্তনা তাকপিন্নিবা অতুবু কাউবা হৌনবরনে।

পুষ্কর। কাউদ্রবদী হৌজিক্তী কৈদোদনা শোয়রি ?

কৈ নখোয়............

[ ময়াম কিত্তনা পুল্লপ তাশিন্দুনা লৈ ]

ঐগী পুক্লীং থৌগৎনবা, থরায় থৌগৎনবা করি পুরক্কনী হায়রমই নখোয় ?

মন্ত্রী। এঃ মাতুদী ননাই ঐখোয়না ঙসাঠনা থৌরাং তৌতুনা থমজরে। স্নায়াথংদ ঙাইতুনা লৈরিবনী। ঙসিগী অসিদী ওস্থোক্না ফজগ্রে। য়েংবদা মীৎকম হোংবা য়াদে। নহাস্থ য়াম্না ওইরিব জাৎনী।

পুঃ। অতুদী পুশিল্লক্কতুনা কৈদৌরি ?

মন্ত্রী। অতুদী ননাই ঐ লৌজরুরগে।

( থোকখি )

পুঃ। মাসি নত্তনবু মীওইবগী জীবন করি লৈরবগে! ঐশ্বর্য্য সম্পদ হায়বসি মাসিগি দমক্লী। ইন্দ্রি মঙা অসি মপুং ফারবা যৌবনগী রস চুপ্পবগী দমক্কনী।

[ মায়থুম্বী ব্রাহ্মন্নবী
পুতুনা মন্ত্রী চঙলকই ]

পুঃ। নীংথিবী চঙলকউ লাউ। ঈখৌলাংলব নোঙ্গৌবীনা নোংগী ঈশিং ঙাইবগুম নঙবু ঙাইতুনা লৈরি। করিগী অতুক

নীংথিব নমায় অহু কূপশিল্লি? পূর্নিমাগী থাবু অজব মায়থোং অহু নোংনা কূপ্পগুম করিগী থম্লি। করিনোনে য়া অমত ঙাংদবসিবো। কনান করি হায়বগে ঐঙোন্দা তাকউ, মতীকচাব দগু পীগে। ওইনরিব্রাও, ঐনা লান-শ্রবরনে? তোকও নঙগী মান' অসি থাদোকও। ঐনা লানথিবা লৈরবস্তু ঐবু দণ্ডি তৌজো। থম্বৌ হেরা মানব নপাম্বোম অনীহুনা ঐবু কোনশিন্দুনা চিংশিল্লগা ঐগী খজাই অসিদা কুন্দো। পরেং মানব নয়া অহুগী দাগ অমত থম্মো লাউসে। চণ্ডশিল্লকউ করিস্তু হঙ্গোইরুগু।

(ব্রাহ্মন্নুবী পায়গে হায়হুনা মখুৎ তিংথোকপা-ব্রাহ্মমুবী হন্দোকপা)

লীলা। ঐবু শোকপিগন্নু, ঐবু শোকপিগন্নু।

পুষ্কর। (য়ুথকপা) হায়মা কৈদোরে কিবরা? ঐগী খুৎ অসিবু য়ুগনী হায়না নীংবরনে? য়ুরোই য়ুরোই, অয়ুব খুৎ নত্তে, য়াম্না মোনব খুৎনী। ঐ নিংথৌ মচানী; য়াম্না কেন। কত্রংগী মোন্দুমা মোম্ভেক মথক্তা চাউরকপা হকচাংনী। শঙ্গোম ননিদগী হেম্না থোংলব হকচাংনী। লাকও ঐবু ভোহুনা থম্লগন্নু।

লীলা। নল মহারাজদী য়াম্না ধর্ম্ম লৈ হায়নৈ। নহাক্তী মহাক্তী ময়াম্বনী। নহাক্তবু অসিগুম্বা লীচৎ চৎপা হৌনবরা? ঐদী ইপুরোইব লৈরিবী ব্রাহ্মমুবীনী। নিংথৌগী ময়াম্বনী,

লৈবাক্কী মমা-মপানী। মচাগী মফমদসু অসিগুম্বা হুইনা চৎকদোব লীচৎ চৎপা হৌনবরা ?

পুষ্কর। করি নলবু ধর্ম্ম চেল্লী হায়বা ! প্রজা অপুম্বনা মাগী মগুণ শোম্নরিবা। নাকোং অসি শীংজানা যুরে। কৈ মাগী মগুণ শাক্লিশোল্লিব প্রজাশিং অসি নৈগে ওৎকে। নলনা করি তৌব ওম্বগে য়েংগে। হৈ সুপী ! তাঙ্গো, নংগী জাবন অদু সুত্তাইনা লেনগে হায়রবদী ঐনা হায়বা ইল্লু ! ব্রা য়ামগনু। ঐগী নাক্তা চওশিল্লকউ লাউ নত্ত্রবদী থুদোং-থীগনী।

লীলা। থুদোংথীবা ! ডাকুগী মথুত্তগী সতীগী গুণ ঙাকপা ঙমত্ত্রবদা হৌজিকপু করি থুদোংথীবা অমুক লৈরি ? ঐদী নচাম্পুপী-গুম্বনী। অসিগুম্বা তুক্কচব ব্রা অসি ঐঙোন্দা তাকপিগনু। ননাই ঐবু থাদোকপিরো।

পুঃ। ( নোক্তুনা ) করি ! থাদোকপিরো ! সুত্তাইদা ! খুৎচল্লব মণিবু হুন্দোকপা। ব্রানা হেক্লব লৈরাংবু মনম নমহৌদনা হুন্দোকপা ! অরেম্ব ব্রানী। ইচাম্পুপীগুম্বনী হায়য়ে ? নঙনা ব্রাহ্মণবী, ঐনা ক্ষেত্রিনী। নঙগা ঐগা করিসু থোক্লদে। পুম্নমক অরেম্বা ঙাকনী। ঐগী নীংবদী থুংদবা য়ারোই। কাম্নদে সুপী ! মতম হৌখিত্নুনা তোকনী।

লীলা। কামগী ময়াইনা নমীৎ অদু তাঙলে হিংচাবা ! পাপকী মহৌ ৰাংজোই থনত্র ? পৃথিবী অসি নিয়ম লৈত্রে ধর্ম্ম

লৈত্রে খনত্রা ? নঙগী শাগী লীচং অসিগী মতীক চাবা মহৈ ফংগনী।

পুষ্কর। ( য়ু থক্কুনা নোকপা ) করম্ব মুপীনোনে মাসিবু। মাবু পোৎলুম পু হায়বদৌনা।

অঙম্বা। ছুইবু দোলাই তোঙ্ হায়দুনা থাঙ্গৎপিরগা ফও-হৌদি উরগা চোংথৈ হায়বত্নী। জ্ঞান তাবা মুপী ওইরবদী ঙসাইনা হরাউ হরাউনা মহারাজগী স্নায়াথং ভাক্লগদৌবনী।

মন্ত্রী। পঙগম্নুনে মুপী নঙবো। সনাগী মথক্তা তম্ফা থিন্দুনা পানগদৌব পোৎলীনে।

পুষ্কর। মাগী মপুরোইবদু অসিদা পুরক্নবা হায়খো।

মন্ত্রী। ( খর চথোক্কুনা ) হৈ থোঙশঙবা। মুপীসি মপুরোইব সদানন্দ হায়বদু পূন্দুনা পুরকউ।

পুঃ। নপুরোইবা লাক্তিৈ অসিদা নঙ মুন্না খলহৌ। ঐনা হায়বা ইল্লু। নত্রবদী হৌজিকমক নমাঙদা নপুরোইবদু হাৎপা তারে। পঙগম্নু মুপী! ঐনা হায়ব ইল্লগা শেল-থুম য়াম্না পুদুনা নপুরোইবগা মুঙাইনা হনমিল্লখো।

লীলা। অপাম্বা উত্তুনা মুপীগী ধর্ম্ম মাঙহনগে থল্লিব অপঙবা। মুপী ওইবীগী সতী-ধর্ম্মবু লল্লোনপোৎকা মাম্নবরা ? শেলগা শিম্নবা য়াবরা ? নহাক্তী তৌবা ঙম্বা মীশক্লী। নঙগী শক্তি থিংবা ঙমগদৌবা কনাসু লৈতে। সতী ধর্ম্ম মাঙহনবদী নতীক নত্তে। নঙগী শেল-থুম মণি-মুক্তাদী উকুল গুম্ন উই।

[ য়োংহল্লিং চনব সদানন্দবু
থোঙশঙবনা পুশিল্লকই ]

সদানন্দ। লীলা ! লীলা ! করিনো তৌরিবসিদে ?

লীলা। ইবুঙো। নহালমুক্কী মপোক্তা ঐখোয়গী কর্ম্ম ফংলক্তবনা লাইরনা পোক্তুনা হিংচাবা অসিনা নৈরিবনী।

পুষ্কর। নখোয় অনীনা ঙাংনগদৌব মখৈ অহুদা অহুম লেপ্তুনা ঙাংনগদৌবনী অহুদগী থোঙকম অমত্ত হেক্তিম্নবা য়াদে।

লীলা। হিংচাবা ! নখৌ লৈতে। নঙনা তৌগদৌবা অহুম তৌ। ঐগী ইবুঙোগা য়া ঙাংনবদা নঙ য়ানবগী নতীক লৈতে। নঙনা থিংবস্থু ঙমদে।

পুঃ। (য়ু থক্তুনা) কয়া চাউথোকপ্রবা। করিমত্ত হন্দে। কৈ নঙগী নাপল অসি কয়া কুইনা লৈবগে য়েংগে। বন্দীসি মীহাৎকমদা পুশ্রো চৎলো। মাগী অককপা মকোক অহু ঐঙোন্দা উৎলগদৌবনী। থল্লু ফুপী ! নপুরোইবা শিবনা পাম্বরা ? নশক অহুগী মমল পুখিহুনা নখোয় অনী হুঙাইনা পাল্লুবনা পাম্বরা ? হৌজিকস্থু থনবা য়ারি।

লীলা। কয়ারক হল্লা হায়খো হায়বগে হিংচাবা জগৎ পুম্নমকী লল-থুম পীহুনস্থ ঐবু লৈবা ফংলোইদবনী।

সদানন্দ। ( মত্তোমদা ) ঐ শিরবদী মাগী অত্যাচার অসি ইনগদ্রা ? হল্লোই, তোক্লোই। অহুদী—(থনবা) ফরে, মাহুনা ফপনী। (ফোংনা) লীলা। ঐ শিপ্রগা নঙ হুঙাইগদ্রা ? হুহু মাহুবুদী...............

লীলা। ওক্ল ইবুঙো ! মথা তাবীরগন্থু। ইবুঙো লৈত্রবদা ননাইনা মীকুপ অমফাওবা হিংদুনা লৈগনি নীংবিরুগন্থু। ইবুঙোগী মাঙ থাদুনা ননাই ঐনা হান্না শিগদোবনী। ইবুঙোনা লেঙগদোবা মফম অদুদা ননাইনা হান্না লৈরমগদোবনী। চংলিঙৈদন্থু ননাই, শিরগন্থু ননাই।

সদানন্দ। মহারাজ। ননাই ঐবু পুল্লিবসি ওহাক্তং থাদোকপিরবদী ননাই অসিবু অমুক্তং থেমদুনা মপুক ওলহন্দুনা স্না পুক্নীং থুংনবা তৌজগে হায়ববু।

পুষ্কর। য়াম্না ফব রানীনা। নীপানীনা মাদী জ্ঞান তাইদনসে। হে পুল্লিবতু থাদোকউ।

থোঙশঙবনা সদানন্দবু থাদোকপা,
সদানন্দনা লীলাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা
মখোরী মেক্তুনা লাউবা ]

সদানন্দ। পুনশি অসিগী মুঙাইবদী লোইরে। হয়েংমুকী মপোকী মুঙাইনবা লম্বেল শেম্বিরবনি।

[ কম্না মেৎপদা লীলা মুংশাশোর
ফুন্দুনা জ্ঞান তাদনা লৈপাক্তা
তুবা। থেকনা নোক্তুনা সদানন্দনা
লাউরকপা ]

সদানন্দ। কামগী ময়াইনা নমীৎ তাওনবা ! শাগী লীচৎ চংলবা হুই ! সতীগী দেহ পাম্বদাই। সে লোয়ো, হৌজিক্তী নওনা নীংবা মতুং ইন্না তৌবা য়ারনি।

পুষ্কর। শাউদ্রিংবা ! সুপী হাংপা পাপীসে থুনা হাত্তোক্লরো।

সদানন্দ। (থাক্ল নোক্তুনা) ঐবু সুপী হাংপা পাপী। নওদী করিনো ? পাপ পূন্য হায়বত্তবু নশাবু............

( নল চেনশিল্লকপা
অওষ্বশিং চেনথোকখিরা। )

নল। ঙাইথো ! করি থৌদোনো য়াম্বুং ?
সুপীবু ওৎপা, ব্রাহ্মণ হাংপা !

সদানন্দ ! হাংকদোবনি মহারাজ। অশোনবদী অওষ্কনা নৈগদোবনী। হায়বিম্বু মহারাজ ! নিষধ লৈবাক অসিবু নিংথৌ পাল্লিবরা নিষধগী মপুবু মহারাজরা ? মীগী মপোৎ পাম্বা ধর্ম্ম লৈতবা পুষ্কররা ? ছরানব ডাক্লনা সতীগী ধর্ম্ম থুগায়রবা লীচং নাইত্রবা ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণবু লৈক্লরা, নংলব লাইরব প্রজানা রানা ডাঞ্জকব চেঙ থুয়াহ্ন পূক্লীং লৈত্তানা চাজবা ওয়াত্রবা লৈবাক অত্তদা নিংথৌ লৈ হায়বা য়াব্বিবরা ? নিংথৌ পাম্বরবদী ব্রাহ্মণুবীগী সতীত্ব ঙাক্লব মাগী ধর্ম্ম-পত্নীবু মখুংমক্লা হাত্তুনা ব্রাহ্মণ জাতি চেথ্রক্লরোইদোবনী। ঐবু থুনা হাত্তোকপিরো ঐবু থুনা হাত্তোকপিরো—লীলা—

( তুখি )

নল। ( শাউনা ) য়াম্বুং !

পুঃ। নমীৎ ঙাংলিবত্থ কমাক্দো নল ? মাহ্থ উরগা প্রজানদী নওবু কিবা য়াই। পুষ্করদী কিরোই পুষ্কর নওগী মথা

পোম্দে। লৈবাক অসিদা নঙনা ওইরিবহু পুঃ ওইরিবনী।
নঙগা চপ মান্নবনী।

নল। ঐদী লৈবাক অসিগী নিংথৌনি, য়াম্বুংদী?

পুঃ। ঐস্থু লৈবাক তম্খায় অমগী মপুনী।

নল। লীচৎ থী, প্রজাবু নৈ,ওৎলী হায়রুনা পাবুংনা য়াম্বুংদা লৈবাক পীরমদবনী।

পুঃ। পাবুংনা লাল্লমগা ঐগী ফংফম থোকপা ফংদবা য়াবরা?

নল। য়াম্বুংগী কর্ম্মনা ফংজদবনী। চৎলিব লীচৎ অসি হোংগে হায়রবদী তম্খায় অমত নত্তে, লৈবাক পুম্নমক পীথোক্কে। হৌজিক চৎলিব শাজৎ অসিবু হোংত্রবদী লৈবাক ফংবগী রাখল থাপ্পা থম্বিখে, দণ্ডি লৌনবা শেমশাবীয়ু।

পুঃ। দণ্ডি! করিগী দণ্ডি?

নল। মী হাৎপগী।

পুঃ। মী হাৎপদী ঐ নত্তে, ব্রাহ্মণ অসিনী।

নল। হাৎপদী ব্রাহ্মণ অসিনা ওইরবস্থু লাল্লিবদী য়াম্বুংনী! য়াম্বুংনা নৈবিরুব ব্রাহ্মণী অদুগী সতী ধর্ম্ম ঙাক্নবগী দমক ব্রাহ্মণ অসিনা মাগী মুপী হাৎপনী। য়াম্বুংগী দণ্ডিদী......

লীলা। (অ্যান তারক্লুনা) উ.........

নল। করিনো! আশা লৈরিদনা'ছুদে। ইমা হৌগৎলু, হৌজিক কনাবুস্থু কিক্করস্থু।

সদানন্দ। লীলা–লীলা। নঙ শিত্রি।

লীলা। ঐনা লৈরিবসি কদাইদনো?

সদানন্দ। লাইগী মনাক্কনী, পুষ্যচেল্লব মহারাজ নলগী মনাক্কনী।
হৌজিক করিম্ব কিক্কম লৈত্রে। হৌগৎলো লীলা!

[ য়াম্মা য়ানা তপ্পা তপ্পা লীলা
হৌগৎলকপা তুগদৌরকুনা
সদানন্দনা ঙাকখৎপিবা ]

নল। কনা লৈ? নিংথেম-মুবী।

( নিংথেম-মুবী চঙকপা )

ব্রাহ্মণী অসি কোমুং মমুংদা পুশিনখো। অদুগা রানীদা ঐনা হায়রকই হায়য়ু--রাণী মখূৎমক্তা মুপী অসি মশা কন্দিবফাওবা সেবা তৌগদৌবনী। মশা চান্নবা কল্লব কান্দা ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনী অসিগী মনীং থুংমা পুনীংব লন-থুম পুত্থনা মথুমদা থিনবিরুগদৌবনী। অদুগা ব্রাহ্মণ মহাক ওসিদগী হৌনা ঐগী পরিবার মমুং চল্লবনী। ঐখোয়না শিবা শেল অদুনা নখোয়গী নরম্মাই ওইজো; নখোয়গী চাবগী ভার নিষধগী নিংথৌ নলনা পুরগদৌবনী।

সদানন্দ। জয় ওইবিয়ু মহারাজ।

( নলগা পুষ্করগা নত্তুব অতৈ
থোকখিবা )

পুষ্কর। হন্দক্তী নঙগা ঐগা রা অবা মাথৈ শেংদোরুবা তারে।

নল। করি রা ওইরবগো?

পুঃ। ঐগী কংকম থোকপা লৈবাক ক্ষুথায় অসি পীগে হায়রিবরা পীরোই হায়রিবরা?

নল। ফংকম থোকই হায়দুনা দাবি তৌবিরিবা ওইরবরা ?

পুষ্কর। উম্ দাবি তৌরিবনী।

নল। পীবা চুংস্নাই, চুমদব দাবিনী।

পুঃ। অদুদী লাউ, ইবানী পাঙ্গল চাং য়েংনব তারে। অঙম্বনা লৈবাক ফংবা। দ্বন্দ্ব যুদ্ধ তৌনবা তারে।

নল। ইয়াম্বগী মথক্তুদী ঐ খুংলাই পায়জনীংদে।

পুঃ। অদুদী লাউ, চৌবর শান্নসি, লৈবাক তংখায় অমা পোম্বা।

[ নলবু চিংদুনা পুখি ]

( দময়ন্তী চঙলকই )

দময়ন্তী। ঙসি অনীনা খুৎ শান্নদুনা লেঙখ্রিবসি কদোমদা ওইরিদনো। ঐনা নিষধ লৈবাক্তা লাকপসি ফনা কুইরে অদুবু ঙসিগী অসুম্না চান্নব মতৌ অসিগী অমুক্ত উখিদ্রি। ইচেবেম্মনদী ইতৈ ইবুঙোবু করি করিনো হায়। অদুবু ঙসিগী মতৌ অদুগদী ওম্বোক্লা লাপল্লে। ইচেইবেম্মনা ঐবু লুনা তৌরিবা অসুম্না ইতৈইঙোনসু ইবুঙোবু মুংশিনা উই। ইচেইবেম্মনা হায়বসি চুমদবা তাই। এঃ য়েংথংব মীৎ অসি চোংইদা, করি থোক্লগবা।

( সবিতা চঙলকই )

ঐ ইচেবেমসু লাকএদনা। ইবেবেম্মনা হায়বদু লাল্লে। ঐ মাদুগী তশেংব প্রমান উরে।

সবিতা। করি য়াফমনোনে। প্রমান-ককা হায়দুনা তৌরিবসিবো।

দময়ন্তী। ইতৈইবুঙোনা ইবুঙোবু য়াম্না তাথী হায়বদাইদো ? মাহুদী ঐনা ঙসি উবহুগ য়াম্না থাপ্নখ্রে। অনী খুৎ শম্নরহুনা য়াম্না হয়াউনা নোক্লহুনা লেঙমিম্নখি।

সবিতা। করিনোনে ইচেবেম্মনা মাহুদা পাখৎলিবহুবো ?

সবিতা। হয়াউখিব্রা নোকখিব্রহুগী মন্নুংগী অর্থদী অপঙবী নংদী কদাইদগী খঙগদগে। মন্নুংদা হু কুম্বা মনোক্লী।

দময়ন্তী। করি ৱানোদা, মাহু ওইব হৌনদে।

সবিতা। নঙ খঙোই ইবেমা। ঐতনা খঙবনী। হোয়দা থিং তোক্লসি। অনীবু কদোমদা লেঙথিবগে ?

দময়ন্তী। ( খুৎ থিন্দুনা ) অসোমদা।

সবিতা। ( মতোমদা ) ৱাতান্নফম কাদা। করিগীনো ? করম্বা শরৌ অমা শিনগদৌরিবনো ? য়েংউদব য়াদে

( চেনখিবা )

দময়ন্তী। ইহে, চান্নমা চৎখ্রে। মীৎ অসিস্থ চোংহনতা লৈব্রে। করি থোক্লগবা খঙব্রেদা।

[ থোকখিবা ]

২রা উৎপা

# লম্বী নুমিদাংবাই

[ মুরুম শোন্দুনা বিদূষক চঙকই ]

বিদূষক। ইমা! ইমা! ওস্থোকনা কিরব মানীদা। মীগী মুপীবু কাহুনা হেক মপুরা! অতুগা মখোয়গী শাম্নপোৎ ওইগে হায়বা। ঐখোয় মীরোল লৈজদবনী লুরব তাংকম য়েনবসে 'সিদে। ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাউ অতুগী মরাইবক করনা মহা-রাজ তারকনা মতম চানা লেঙশিন্দুনা মখোয় কনবিথিবনী হায়বা। অতু নৎলমদ্রবদী উজার শারম্মদোবনি। লৈহৈদ্রে, লৈহৈদ্রে মতম অসি মতু শোনবা লৈহৈদ্রে। ঐনা ইতৌক ইগুপ লৈহুনা চেক্লী য়ুম শাহুনা মী চঙব ঙমদনবা, অতুগা থোঙশঙব থমহুনা য়ুম শঙহনবস্ত ঙম্বা পোৎ নত্তে। নিংথৌ থম্লিবনী, নিংথৌ-মনাই ওইরিবনী হায়হুনা কোম্নুংদদা মলে। মুপী মতোমদ খুমু খোংবদৌনা য়ুম অতুদা থনম্মে বিষ্ণু বিষ্ণু! খল্লুবদা শাই শাই লাউই। ঐাখায়গিহুস্ন অস্নুম তৌহুনা পুষ্করনা ফাহুনা পুখ্রগা ফিবুল অহাবী শাম্নখ্রবদী তোক্লে। মুপীহুগীদি কোম্নুংদ ওইরম্বনীনা মহারাজ তারকনা কনখ্রে। ঐ লৈত্রিঙৈদা লীলা মফমদু ঐখোয়গী য়ুমদা অতুমক ওইখ্রবদী তোক্লেনে ঐ মাঙজরেনে। মুপী মতোমতা ছন্দোকপসি চুমদ্রে হয়েং মখৈদী থবক অমা তৌবা তারে। হকচাং ঙমদ্রে হায়হুনা কোম্নুং কাম্রবা মুপী

নল। শরু অসি যাহু শরু ওইব তাই। নত্রবদী ইতত্তত্তনা পোবা হৌনদে। শরু অতোপ্প অমনা শাম্নসি।

পুষ্কর। নঙনা খল্লিবহু লাল্লে। শরুবু মাহু ওইবা য়াবা হৌনদে। ঐনা ইতত্তত্তনা থোইবসিদা নঙ য়াম্না পাথংলে। অহুনা পোরিবনী। চৌবয় শাম্নবা হায়বসিদী পাথত্তব ঈংথব মীতনা থোইবনী। নঙনা কিরগা চিংনরগা তোক্লসি।

নল। মরৈ য়েংনহুনা কাম্নদে, অমুক হুম্নসি। ঐগী শগোল, শামু রথ দোলাই লোইনা থারে।

( অমুক শামৈ )

পুঃ। য়েঙু, হন্দকমুকস্নু থোইরে।

নল। শোয়দে, শরু অসি মায়াগী শরুনী। শরু অতোপ্পা অম পুরকউ। মাহুদা থোইব্রা য়েংসি।

পুঃ। শাম্নবা হৈত্রগা শরুদা তাইনবা হৌনদেদা। নঙনা পাম্নগা নোংম শরু অমনা অমুক শাম্নসি। ঙসিদী মাসিনা হৌরু-রবনীনা অস্নম লোইশিনবা তাই। হৌথিব শরুহুনা লোই-দবা তৌহৈদে।

নল। করে'হুদী। অমুক হুনবিরো। ঐগী কোম্নুংদা লৈরিব লীক-কোল মথৈ লোইনা থারে।

( সবিতা চঙলকই )

সবিতা। তোকও ইবুঙো তোকও। অমুক থানরুরম্নু। নয়াম্বুংনা পুরক্লিব শরুহু মায়াগী শরুনী। অহুননী ইতত্তত্তনা থোই-খিব্রা। ওক্লে তোকও।

নল। য়াম্বুংনা লৈবাকস্সু লোইনা লৌখ্রে। হৌজিক লীক-কোল লৈত্তেংনা করি তৌরুরনি। নিংথৌ ওইব্রে বন্দা লৈরুরগ-দৌবনী, ভিক্ষা তৌদুনা চারুরগদৌবনী। ঐগী রত্ন-অলঙ্কার লৈরিবমথৈ থারে। হুনবিরো।

( অমুক শাম্নে )

পুঃ। হন্দকস্সু অদু মত্তায়, ঐনা থোইরে। হৌজিক্তী করি লৈরি হৌজিক নঙগী লৈরিব হায়ববু দময়ন্তী ঙায়রেদনা। ঙম্নগা মীনাই ওইহনগে।

নল। য়া ঙাংবদা য়াচল হাপ্না ঙাংগদৌবনী। ইয়াম্বনী হায়দুনা ব্যবহার কায়রক্কবনী। অশাউবা হায়বসি মী পুম্নমক্কী লৈবনী। খাঙবা হায়বসিগীস্সু ঙমথৈ লৈবনী। শান্নবদা থোইরগা অদুক য়াম্না কা হেঞ্জিন্না ঙাংবা য়ারোই। লৈবাক লৌখ্রে, মাসিদা ঐগী অধিকার করিস্সু লৈত্রে। হায়কম থোকপদা হায়গনি ঙাংকম থোকপদা ঙাংগদৌবনি।

পুষ্কর। য়া ঙাংবা হৈদুনা কান্নদে। নিংথৌ ওইব্রে, হৌজিক্তী লম্বীগি চাকনিবা ওইরবনী। রাজ-বেশ শোত্তুনা লৈরিবদু ইকায়ব্রা ?

নল। চুমই, ঐ হৌজিক রাজ-বেশ শেংফম থোক্লে,

( রাজবেশ হোংদোক্লুনা পুষ্করদা পীরা সবিতাদা খুৎ তিংথোক্লুনা থাম্বা )

সবিতা। করিনো ইবুঙো হৌনদে। নিংথৌনা নিংথৌগী আভরণ পীথোকপা হৌনবরা ? ঐ নত্তেমনী, মত্তেম্না হায়বসিদী

নাকক্তা অমক্তাঙদা খোক্চৎ চত্লা নৈক্ত্রগদৌরবা। চাক-থক্ত; তুমদ-হীপ্তনা জীরন অসি লেনখ্রগদৌরনী। মাহুগী অমারা অদু নঙ খাঙবা ওস্লোই। এনা হায়বা য়াউ। নঙ বিদর্ভদা চংলো, মতম খরদং বিদর্ভ কোম্পুংদা লৈরু।

( দময়ন্তী খোঙ কোন্দুনা থক্ক )

সবিতা। ( পুষ্করগী খোঙ কোন্দুনা ) ননাইনা হাইজবা অমুক্তা অখিয়ু ইবুঙো। লাইগুম্বব ননাউ ইবুঙোবু থাদোকপিগনু। রাজলক্ষ্মী মশক ওইরবী দময়ন্তীবু থাদোকপিগনু। সতীবু অরাবা পিরবদী মাগী মীংকী পিনা মৈরি ওইদুনা পূম্নমক চাকপা তারে। স্নবুদ্ধি অমুক্ত তৌবিয়ু।

পুষ্কর। ননাউ নীপাগীদমক অহুক রারবদী নঙসু মাগী মতুং ইনখ্রোদনা। মশানা তৌজব কর্ম্মগী ফল ফংজবনী, নঙনা করিগী অহুক রাবিরুরি ( ইনরা )

নল। দময়ন্তী! অমুকসু হায়গে। নঙ ঐগী ইতুং ইনগনু। নশাগী রানবা নশানা করিগী শীনগদৌরিবনো।

দময়ন্তী। ননাইবু ইবুঙোগী হকচাং তংখায়দনী হায়খিবদাইনে। হকচাং তংখায় অমনা রারবদী তংখায় অমদী রাক্‌ম থোক্লনে ইবুঙো। ননাইদী ইবুঙোবু থাদোকপা ওস্লোই।

( নলনা পুষ্কর অমসুং সবিতাবু খুরক্বা চেনখিবা )

দময়ন্তী। ইবুঙো......

( তাম্লখিরা )

সবিতা। ঐগী মুণ্ডাইবগী মঙ কাঙ্গরে। আশাগী মপুংফারব থা ভমথীরব রাহুনা উনখ্রে।

পুষ্কর। অহুক থোজাল হৈরবদী মখোয়গী মতুং কৈদৌদনা ইলহৌদে। নপুরোইবনা য়াইফরগা নঙনা নিংদোল পোম্মিবদী করিগিনো ? য়াইফৈদা নঙ অসে। নঙগী মনাদী অসি লো।

( খোংপাক্লা কাওরম্লগা চৎখি )

সবিতা। লোইরে, ঐগী মুণ্ডাইবা লোইখরে। অদুবু য়েংলুখিনি, ইবুঙোগী পূকচেল অমুক্তং ওলহনবা ভম্বরা য়েংউথিনি

( চৎখি )

৪বা উৎপা।

# লম্বী অয়ুক।

কলি চঙ্লকপা

কলি। লমন খুম্বগী জঙ্গনী হৌগৎলে। পুষ্করগী সহায়দগী মখোয় অনীবু মরৈবাক্তগিদী তাম্থোকখ্রে। অদুবু দময়ন্তী হায়বী চাউথোকপী অদুনা হৌজিক ফাওবা মাগী নাপল অদু থাদ্রি। মনি-মুক্তাগী লীক কোল লৈতেং ময়াম অদু লৈতুম লংথোকপগুম্না কয়া লায়না লংথোকখ্রবা। মবানীগী প্রেম অদু করিমতা কায়নদে। করম তৌরগা মখোয় অনী কায়নহনব সিবা। নলগী ধর্ম্মনা মাগী মশাদা চঙনবা অহোবা অমত

ফংথিদ্রে। করম তৌরগা মাগী মশাদা অমুক্তং চঙতুনা ঐগী নীংবসি থুংসিবা। ব্রাহ্মণমতৈ-নমাও অনীসি লাক্লে। মথোয় অসিনা নলবু কয়া নীংগ্রবা। পুষ্করগী লৈবাক্তা লৈনীংদতুনা থোরক্লিবনী। কৈ, মথোয় অনীসিস্থ কায়নহন্ববা ওস্থ্রা য়েংগে।

(মরুমদা থুপ্তুনা লৈবা)

[ ব্রাহ্মণীনা মকোক্তা ফি নম্বো
অমাপুবা, বিতুষকা শো মপুল
অমা খীংতুনা চঙকই ]

ব্রাহ্মণী। লেম্মেদা, সুপীস্থ মন অম মথায়গী কোকথোং পুহল্লগা শো মপুল অমা খীং খীংতুনা অঙাং শারক্তুনা চৎলিব। ইকাইবা হায়বসি য়াওথিব্রবোরে।

বিতুষক। কৈদোদনা ঈকায়গদোরিবা করিস্থ লৈব্রব নম্বোতুদী পুবা ওমদে হায়রগা মমল অস্থক য়াম্বা শোয়াম অসি করম্না পুগদোরিবা?

ব্রাহ্মণী। হল্লো, তাঞ্জনীংদ্রে, হুমুক থারে। মন অম-মথায়গী নম্বোগা শো মপুন অমগা চাংদম্নবা শারিয়ে। নীপা নঙনদী ওমদ্রগা শোল্লবী সুপীমচা ঐনদী পুবা ওম্বা হৌনবরা? ঐস্থ ওমদ্রেসে, পাম্মুরগা নঙ পুজরো।

(নম্বো থাতুনা ফমথবা)

বিতুষক। হৌজিক নঙবু করি থল্লিবগে?

ব্রাহ্মণী। নঙদী করি খল্লী? নিংথৌ লৈবাক থাদোক্লগ্না চৎলে। নঙস্থ নয়ুম-নকৈ থাদোক্লগ্না লাকএ। হৌজিকপু কদাইদা চৎকে হায়রিবগে?

বিদুষক। পুষ্করগী লৈরাক্তা অমুক হনসি হায়রিবরা? লাইগা লৈমিন্নরম্বদগী হৌজিক হিংচাবগা লৈমিন্নরুসি হায়বরা?

ব্রাহ্মণী। অদুবু হৌজিকপু কদাইদা চৎকদগেনে?

বিদুষক। মীৎনা পুব লম্বীদা। পুষ্করগী লৈপ্পাক্কদী লৈররোই। ঐ ব্রাহ্মণী। নগুণ উত্তুনা ভিক্ষা নিগনি। অদুনা পুক থম্নবা হোৎনগনী।

ব্রাহ্মণী। অস্থক কুইবসি মখোয়গী মচাক চান্থনা লাক্লগা হৌজিক মখোয়না লৈফম লৈত্রদুনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরব মতম অসিদা মখোয়গীদমক করিমত্ত খল্লা?

বিদুষক। চুম্মীনে পেম্মা। থেংবু থেংনরবদী ভিক্ষা তৌদুনা থাকে হায়রিবনিনে। অদুবু ঐগী খোঙসে নঙনা পুল্লে।

ব্রাহ্মণী। ঐগিবুদী করিস্থ য়েংবিরুস্থ। মখোয়গী লমন খরদ ওইরবস্থ শিংনবা তৌরুও।

বিদুষক। ফরে অদুদী ঐ নিংথৌ থিব চৎলগে। নঙনা কদাইদা লৈহৌবা?

ব্রাহ্মণী। লাইনা তম্ব অম লৈরমগনী। থোকউব অমদা হেক মলৈগনি। মহারাজগ মহারাণীগস্থ পুরকউ।

[ফিজেৎ লোত্তুনা কলি চঙকই]

কলি। খুরুমজরি ঠাকুর।

বিদূষক। নওগী কল্লানো।

কলি। ঐ মহারাজ নলগী মনাইনী। ময়াম্বগী শরেংনবী মরৈবাক থাদোক্লুনা চৎলবদা ঐস্থ ঐগী ইমুং পুন্থনা থোক্লক্লবনী।

বিদূষক। কদাইদা চৎলিবা ?

কলি। মহারাজগী থোঙ্গুল লীবু চৎকে তৌরিবনী। অদুবু ঐগী মুপীগা ইচা পিশক অসিগা কদাইদা থনমসিগে খল্লিগনী।

বিদূষক। থোইদোকপা অকায়ব লৈরোইদৌবা ওইরবদী ঐগী ব্রাহ্মনী অসিগা লৈহৌসন্নুদনা।

কলি। য়াম ফরে'ছুদী, লেঙলসি ঠৌরানী।

ব্রাহ্মনী। করি হায়রিবগে ?

বিদূষক। ঐস্থ খল্লিবনীনে।

ব্রাহ্মনী। অসিদা অমুক থনফম করি লৈরিবগে। য়াম ফরেনা। নওগী পদধুলি পীয়ু।

ব্রাহ্মনী। ( বিদূষকী পদধুলি লৌরগা নম্বোহ্ পুন্থনা চৎপা ) চৎলসি বাবা।

কলি। চৎলসি লাকও।

( কলিগা ব্রাহ্মনীগা থোকখি )

[ লাম্মী অনী চঙলকই ]

১বা লাম্মী। অসিদা লৈরেদনা বিদূষক।

বিদূষক। ইমাইপেম্মা করি হায়বা। ইপা ইপু অমতস্থ বিদূষক ওইজরক্তে। নখোয়বু বামোন বিদূষক খিরিবরনে ?

২বা লাম্মী। ঐ খঙও, নঙ্ বামোন বিদূষকনে।

বিদুষক। নাত্তে নত্ত মহাশয়। ঐ বামোন নত্তে, বিদুষকসু নত্তে নঙ শোয়রে।

২বা লাঃ। নঙবু নল মহাবাজগা কৈমিন্নরম্বদাইনে? লৈরম্মীদা পুষ্কর মহারাজগী স্না য়াথংনা নঙবু ফাবা লাক্লিবনি।

বিদুষক। বিষ্ণু! বিষ্ণু! নঙ্ কৈদৌঙৈ ঐবু নলগা লৈমিন্নবা উথ্রবগে? ঐদী নঙ্বুদুম চন্দালগী কোল্লুপ্তা ইতত্তত্তনা উই।

২বাঃ লাঃ। অদুদী নঙ্ বামোন বিদুষক নত্রেদনা।

বিদুষক। ঐনা ঙসাইনা নত্তে হায়রিবদুনীনে। নঙ্গী বিদুষক হাযবত্ত ঐসু মশক খঙতী। মাদু য়াম্না ফত্তে। অদুনা মাগী ময়ুম-মকৈ লোইনা মৈ থাদোকপিবদুনা ঐবু তান্নর-কপনি। ঐনা উ অসি কাদুনা লৈহৌবনী, ঐবু উদহুনা মা অসোমদা চৎথ্রবনী।

১বা লাঃ উম্ অসোমদা চৎলম্বা তাবে। চৎলসি মা তান্নদুনা ফাকদবা যাদে।

(লাম্মী অনীমক চেনখি)

বিদুষক। মী য়াম ফংখিদ্রে। অম্বাইদা 'সুম লৈরবদী কয়া যুগোৎ চাবোইদোরিয়ে।

(থোকখি)

কলি চঙ্লকই।

কলি। বিদুষক মতৈ-মনাউ কায়নহনগে হায়বহুদী থুংলে। বিদুষকনা

অঙাওবদোনা চৎখে । মাগী মুপীবুনা চামাড়গী ময়ুম্দা থাজিনখে । মাতুদা রাজ-ভক্তি তৌজরুরসনু----

( থোকখি )

## ৫বা উৎপা

## রাজসভা-নুমিৎয়ুংব মতম ।

সিংহাসন্দা পুষ্কর

মন্ত্রী অমসুং অঙম্বশিং

বৈতালিক্কী ঈশৈ

উররোইদ্রা নঙগী মুংশিব শকফমদো

তাররোইদ্রা নঙ্গী মেঙলব খোনফমদো ।

ঈরাৎলি থম্মোইদা নঙ্গী মুত্তি,

কচ্চরি চরন্দা শেংলব ভক্তি ।

থোরক্লো থাজগুম রাহুগী খায়াত্তগী

ঙালহল্লো মল্লবা 'তিয়া নিষধগী ।

কোকহল্লো অশোল-অনাগী অরাবা

লোইহল্লো লৈত--লাঙ্গৈরগী তেংথাবা ।

পুষ্কর । হে ঈশৈ শকপা ! স্তুতি গানদ শক্লম্বা নহাক্না ঙসি শক্লিবা ইশৈসি করিনো ? কনাবুনো নঙ্না থারিবদো । লৈবাক অসি পুষ্করনা পাল্লি খঙদ্রা ? চৈরাক ফংলোই খনদ্রা ?

বৈতালিক। করি ইরান্নগী ওইরবনো? ঐনা শকচাখি্‌ব ইশৈ
অসিদা থোইনা অকায়বা য়াওদেনা।
পুষ্কর। কয়া মচোম্পাক নাইত্রিবনো? নঙ্‌ ঐবু খঙ্‌দ্রা হুই।
মাসি পুথোকত্রো, পুনশিচুপ্পা বন্দী থমউ।
(থোঙ্‌শঙ্‌বা চঙক্ল্‌না বৈতালিক পুথোকখি)
মন্ত্রী। অজ্ঞা! হাম্না ফারকপা বন্দীশিং অসিনা.........
পুঃ । করি করি ময়ানগীনো।
মন্ত্রী। অমনা নলগী মনাই ওইরম্মী, হৌজিক মহারাজগী থৌগল
তৌ হায়বা য়াদে।
পুঃ । মমীৎ অনীহু কোথোক্লগা থাদোকখো।
[মরুমদগী "মাহু ওন্থোক্লা পামজরে ধর্ম্মচেনব সুংশিজরব
নল মহারাজবু উবা ফংলরোইদৌবা মীৎ অসে থম্ম্‌বগী
করিসু কায়দ্রে"]
পুঃ । অতৈদি?
মন্ত্রী। অমনা—মহারাজগী জয়ধ্বনি তাবদা মনাকোং মেনশিল্লী।
পুঃ । মিশি শৌদোকহল্লগা অশাব মহীহু মনাকোংদা হৈজিল্লগা
থাখো।
(মরুমদগী "ঐনা পাম্লিবসু মাহুনী পাপ চেল্লব পুষ্করগী
মমিং তাগদৌবগী শরুকপুদী না পঙখিব্‌না করে")
(কলি চঙলকই)
কলি। মরূপ! নহাক্কী বিচার অসিদা ঐ পেল্লে। কত্তবা লাকপদী
মাসিনী। মসিবু রাজধর্ম্ম কৌই। য়া অমগা হায়গে

লাকপনী মরূপ! নল তাম্থোকখে, হায়ত্রুনা নীঙাইদনা! লৈথোকপদী চুমদে। মা হিংলিবমখৈ নঙগী সিংহাসন মরা চেৎলে হায়বা য়াদ্রি।

পুষ্কর। নল হাৎলু হায়রিবরনে মরুপ?

কলি। মাহুদ তারেদনা। হয়েং মাহুগী লৌশিং তাকে, অহানবদা অচোই-অপা মখৈ লোইথোক্রবা য়াদ্রি। লমলানব ইমুং মন্নুং খায়বা য়াদে। মতা চান্দ্রবদী নহাক্কী মুপীসু তাম্থোক্রবা য়াদে। ঐ চৎলে, কোন্না অমুক তান্নসি।

( চৎখি )

[ ফিরোন মোৎনা সবিতা চঙলকপা ]

পুঃ। সবিতা! করিগীনো নঙ অসিদা লাক্লিবা?

সবিতা। অরাব-মৈচাক্লা মফম মতমগী রাখল লৈত্রে ইবুঙো! নহাক্কী তমথীরব লীচৎ অসি প্রজাশিং খাঙবা ঙমদ্রে। প্রজাগী মীকপ মীরাউথোম্না নাকোঙ অসি. ফুনখে। ওকলে ইবুঙো! মরাল লৈজদবা মীবু লাক্রদ্রুনা পাপ তানশিনবসি তোক্লসি।

পুঃ। নঙবু অসিদা কনানা কোই? নিংথৌনা তৌবা য়াদবা, নিংথৌগী মথক্তা রা ঙাংবা অসিবু করি কৌই নঙ খঙত্রা — মাসিবু নিংথৌ শেম্বা কৌবনী।

সাবিতা। ঐনা হায়জবদী চুমদবা চৎপবু থিংজবনি, মপুরোইবব্রু পাপকী লম্বী চৎহন্দনবা হোৎনবা হায়বসি মুপী ঐখোয়গী ইথৌনী।

পুঃ। মা সদা নঙগী নথো করিস্থ লৈতে। ননাউ নীপা বন চংখে, হায়দুনা ঙ্কিজেৎ লৈতেং, নরীক-নকোল লোইনা লংথোক্লে ঐ মাহুস্থ করিস্থ হায়দে। নথো নত্তনা নশিন নত্তনা নিংথৌগী থবক্তা নখুৎ থিংজিনবদী লেম্না তোকনি থনব্রা ?

সবিতা। লেম্না তোকপিগনু ইবুঙো ! দণ্ডি পীবিয়ু। অহুবু ননাইনা লৈরিঙৈদদী চুমদব থবক্তী য়াজবা ঙম্মোই।

পুষ্কর। হৈ মচোমপাক নাইদবী নুপী ! চংশ্রো চংলু অসিদা লৈমু (কাওবা)

সবিতা। চংচগনি ইবুঙো ! অসিদগীদ নত্তে, লৈবাক অসি থাদোক্লনা লাপ্না চংচখিগনি। অসিমতংদি হায়জরমগে। নিংথৌদি প্রজাগী মপানী। মচাগী মফমদা শাগী লমচং চত্তুনা পাপ তানশিনবা অসিদদী তোকপীয়ু।

পুঃ। তানীংদে চংশ্রোনে। (মঙক লাক্লনা ইনবা)

[মক্ল লুক্লনা সবিতা তপ্না তপ্না চংখি]

লম কয়া হেনশ্রবা। নুপী মানা কয়া কা হেঙ্গিম্না ঙাংশ্রবা। মাগী মতীক চাবা তৌদবা য়াদে। কনা লৈ ?

(থোঙশঙবা চঙকই)

থোঙশঙবা। স্নায়াথং···

পুঃ। চংলু, রাণীবু অচীকপা কা অমদা নজরবন্দী থমউ। কৈদৌরে লেপ্তুনা লৈরবদে। চংলু ঐনা হায়বা তৌক্ল।

(থোঙশঙবা থোকখিবা।)

কয়ঁ ঙকখ্রবা। মুপীকাওবা ঐবু উশিন্নবা। ঐনা হায়বা ইনখিন্নবা। পুন্নমক নলবুদ শোনখ্রবা! ঐ নিংথৌনী অহুবু······ মাসিগী চপ চাবা তৌদবা য়াদে। লোম্না ওইরবসু কোংনা ওইরবসু নলগী মীচঙদা লেপ্পমখৈ লোইনা দগি পীগে। মাগী মমিং শোনব মরৈছু থাওনা ককে।

ওবা উৎপা

## উমং নুমিদাংবাই।

( মাওদা নল তুংদা দময়ন্তী চঙলকপা )

নল। দময়ন্তী। নঙ ঐনা হায়বা য়াল্লে। নিংথৌগী মচা মুপী নঙনা নারক্না জঙ্গলদা চাদা-থক্তনা করম্না লৈবা ঙমগদগে? নপামদা লৈরুখো চৎলো। ঐগীদী ইরাইবক্না তম্মী। ঐনা য়াবদা নঙ করিগী য়াফম থোকপগে। লৈকোনগী নৌরব তিংথোদা নেৎপদা ফাওবা অনাবা ফাওরিবা মখোঙ অহুনা বনগী মুঙ্গায় মরক্না করম্না চৎপা ঙমগনী? নখোঙদু য়াখায়রে, ঈ থোক্লেদো। হল্লো, ঐনা হায়বা ইল্লু।

দময়ন্তী। করি হ্নানো ইবুঙো! ইবুঙোদী নিংথৌরেম্নী। কত্রংগী মোন্দুম-মোস্তেক মথক্তা য়াওন য়াতারকপনী। শঙ্গোম ননিদগী হেন্না থোংলব স্নাহকচাং অত্তনদী ঙম্নগা ননাইন করিগী ঙম্মোইদগে। হায়বিগন্নু ননাইবু থৌগল কায়হনবিগন্নু উখা অসিদা লেঙশিনসি। ঙহাক্তং পোথাবীয়ু, স্না হকচাংদা কারিব হুমাংহু তৈথোকচগে।

নল। নত্তে নত্তে। নঙনা হায়রিবত্তু নত্রে। ঐ পোথারোই, চংথিগনি, লাপ্না চংথিগনি। পুষ্করগী লম লাম্মোক্তি।

দময়ন্তী। নত্তে ইবুঙো। থনবিরিবত্তু লাল্লে। নিষধ লৈবাক হেন্দোক্লে। য়েংবিয়ু উশাদা তোংহুনা উচেকশিংনা কয়া মুংশিনা খোংলিবা। শনশেন্নহাশিংনা শনগী শল্লুপ পুত্বনা ইশৈ মুংশিনা শক্তুনা চংলি। মহৌশাগী নীংথিজবা ফিবম অসি য়েংবিয়ু। অসিবু নয়াম্বুংগী লম ওইগত্রা? ওইরবদী প্রকৃতিগী অসিগুম্বা শকলোন অসি উরোইদবনী। উখা অসিদা ঙহাক্তে পোথাসে লেংশিনসি

(নলগী খুৎ পায়হুনা চিংশিন্দুনা ফম্মিন্নে)

নল। চুমই, নঙনা হায়ব অত্তুদী চুমই। য়াম্বুংগী লম ওইরবদী অমুক ইংলোই, অমুক নীংথিরোই। অত্তুবু নঙনা তৌরিবসি করিনো? নঙনা বিদর্ভদা লৈহৌরবদী ঐ কয়া হ্নাই শংগবা। অরাবা অসি লায়না থাঙবা ঙমগদৌবনি।

দময়ন্তী। ননাইগী দমক্তী করিসু থনবিরুগন্নু ইবুঙো। ইবুঙোগী থৌগল ফংবনা ননাই ঐগিদী স্বর্গগী মুঙাইবনী, মসিদগী

হেনবা করিস্থ লৈতে ননাইগিদী। ইবুঙোগী চরণ উদনা ননাই করম্না হিংগনি? ওহাক পোথাবীয়ু ননাই ঐ থোগল তৌগে।

( নল ঙাথত্না হীপথবা )

নল। হুম—পোথাবা মতম নত্তে। অরাম্বা কোরুবা পোৎ করিস্থ লৈত্রি, পোথাবা য়াদ্রি। নঙ চৎলো, অরাবা অসি নঙ থাঙবা ঙম্মোই। ( হৌগৎত্না ফম্না )

দময়ন্তী। ( মরুমলোমদা য়েংত্না ) য়েংউ ইবুঙো! উশা অসিদা সনাগী মশা পানবা উচেক অম মশা ফন্দোক্ত্না জগোই শাব্রিবসে। মসি খরা ফাবিয়ু।

নল। ( য়েংথোক্ত্না ) অস্থুক ফজব উচেক্তী অমুক্তা উখিদ্রি, নীং-থিজব্রেদা। ফাবা ঙমব্রা য়েংউখিগে।

( থোকখি )

দময়ন্তী। ( মরুমলোমদা য়েংত্না ) করিনো 'সিদে। উচেক অসিবু কুপকে তৌবদা মানা ইবুঙোগী ফি চেন্দুন পুখে। ওম্থোকপা মায়ানীদা।

( নলনা চৎখিবা মায়কৈদা চেনখি )

( থাক্লা থাক্লা নোক্ত্না কলি চঙকই )

কলি। নীংবা থুংলে, কলক পেল্লে। মপান থোক্লরগা ঈশিং ফংদত্না মশা শোংদোক্লে। লাইগী বরম্ব কাউথোকখিত্না

ঈশিং ফংদ্রে। নল! নঙ হৌজিক্তি ঐনা লৈহ্না পুরগ-নীদো। কদাইদনো নঙনা লীৎকদৌবা।

(দময়ন্তীগী ফি মচেৎ অম নলনা শেৎলগা অনী চঙমিন্নরকই)

নল। য়েংউ কুম্মে অসে। লাইবক্কী নোংদম হায়বসি অঙকপনী। লৈফম লৈত্রে, চানবা লৈত্রে। হৌজিক্কা শেৎনবা ফি লৈত্রে। কয়াদা ফুংশি হৈখিদ্রবনো। অহুম্মা লৈবগী শরুক শিবনা ফরে।

[মরুমদা কলিনা লাউবা]

কলি। লাইবক্কী নোংদম নত্তে নল। কলি চঙলবনী নঙোন্দা। মাগী নীংবা মতুংইন্না নঙ চক্রগুম লৈহনখিদৌবনী।

নল। ঐঙোন্দা কলি চঙলবা! করি পাপ তৌরুবদগিনো? দময়ন্তী দৈববানী অসি তাও, ঐঙোন্দা কলি চোংশিল্লে হায়য়ে। ঐ পাপ লৈরবনী। নঙ ঐগী ইনাক্তা লৈবা চুমদ্রে। ঐগী পাপ্তা নঙসু লুপ্পা তারে। ঐনা হায়বা য়াও, নঙ চৎলো।

দময়ন্তী। ননাইবু চৎলো চৎলো হায়তুনা অসুক তোয়না তাকপী-রিবসি করিগীনোনে ইবুঙো! ইবুঙোগী নাক্তা লৈত্রগা ঐবু হিংগনি থনবিবরা? ইবুঙোগী সেবা তৌবদা মুঙাইজরীবসে পান্দম্মীঙায় লৈতবনী। অরাম খোরাংবগী অন্নাবা পুম্নমক নঙগী চরন সেবাদা লোইনা কোকই। য়াম্মা ঋানা উরে, ওহাক্ত পোথাসি। ননাই ঐসু তুম্মীংবনা মীৎ অসি ইক্কা ক্বাজিল্লে।

(দময়ন্তীনা নলদা ভাথবা—নলগী তম্পাক্তা মোন থাভহনা দময়ন্তীবু ভুঙ্কনবা)

নল। ওস্থোকপনীদা! সনাগী উরী তত্তুনা তাবগুম নৌরব হকচাং অসি মুঙ্গায় মরক অসিদা তাহনা লৈরে। উফুল মরক্তা ওল্লে। ভুমদ-হিপ্তনা, চাদ হীপ্তনা চৎলকপগী রাবনা উতুপ তাবগুম তাখে। তাঙ্গা অসিদগী ঐনা মাবু থাদোক্কদৌবা। ঐগা কায়নরবদী মাসু বিদর্ভদা চত্তুনা মপা ইবুঙোগী কোম্মুংদ। মনাই মশন্না সেবা তৌহনা মুঙাইনা লৈখ্রনি। অদু ওইরবদী মাগী রাখল লৈররোই। ঐগী তুং ইন্দুনা মানা রারিবসি য়েংবা ওমদ্রে। মহাকপু মুঙাইনা লৈখ্রবদী লোইরে। অদুবু হৌজিক মাগা ঐগা করম্না কায়নগনী, মাগা ঐগদী কি অমতনা শেত্তুনা লৈরে, করম তৌনি।

[কলিনা মরুমদগী নলগী মনাক্তা ছুরি অম লংথরকপা]

নল। কনানা লংথরক্লিবা ছুরিনো 'সিদে। উচেক্তা মচীন্দা চেল্লকপদগী লুমহনা থাদরকপা ওইরম্বা তাই। য়াম্না ফরে, ঐগী অরাবা কোক্লনি। ছুরি অসিনা কি অসি ককথৎলগা ঐ চেনখ্রগে। (ছুরি লৌথত্তুনা) থাভ নঙনা ভসি ঐবু মমল নাইত্রবা উপকার তৌরে।

[ছুরিনা ফি ককথৎলগা খর চৎলুরগা অমুক হঙ্গিল্লকপা]

উপায় লৈত্রবী অসিবু শা-কৈনা থল্লবা উমং অসিদা হুন-দোকলম্নগত্রা? থল্লুবদা থম্মোই অসি কায়রে। ভম্মোই,

অসুক থুংশিহৈতবা থবক অসি তৌবা ঐ ঙম্মরোই। মাগী সহধর্ম্মীনীবু হুন্দোকই হায়দুনা জগৎনা ঐবু তুকচরনী। মাগী অন্নাবা অসিসু য়েংদুনা লৈবা ঙমশল্লক্রে। নারজ্জা চৎপদা মশা অসি থিনগায়রিবা, চাদবনা তুমদবনা নোংম নোংমগী কংশিল্লকইবসি মীৎ অসিনা য়েংবা ঙমদ্রে। অদু মঙায়রে, জগৎনা ঐবু নরক্কী তীন্দগী হেম্না তুকচরসন্নু। মাবু উদনবদদী তৌরগে

[ থরা চৎলুরগা অমুক হঞ্জিল্লকপা ]

অমুক্তদী মুন্না য়েংলম্লগা চৎকে। হুঁ হুঁ লাইবক থীবী অসিবু ঐনা কদাইদা থনম্লগা চৎকদৌরিবা—হুঁ ঐগী ইনাক্তা লৈরগা মা য়াম্না স্নাব তাই, চৎলগে।

( চেনখিবা )

( কলি চঙলকপা )

কলি। হন্দক্কী খঙগনিদো নল। ঐনা পুনীংব মফমদা পুগে। কোয়লৈ লৈহনগেদো।

( দময়ন্তীবু য়েংদুনা নোক্লগা থোকখিবা, মীকপ থোক্তুনা দময়ন্তীনা কোয়েং য়েংবা )

দময়ন্তী। ইবুঙো! ননাই ঐবু হুন্দোক্তুনা কদাইদা লেঙখে। শা-কৈ মরক অসিদা ননাইবু কনাদা শিন্নবিরম্বগে। লাইবক থীবী ঐগী অন্নাববু নহাক নত্তনা কনানা উবিগনি? অদু ঙইরবসু ঐঙোন্দা তাক্লমগনি। লেঙখে, ঐবু থাদোক্তুনা

লেঙখে । ঙমথীবী নিত্রা । নঙনা ঐবু শুমতুনা ইবুঙোবু পুথোকখিব্রনি । নঙগা ঐগা কায়নরবা ।

ঈশৈ

" কায়ন ঈপাক্কী ঈয়াঈদা তোল্লবীবু থাদবিরম্লে
ননাই ঐবু কনাগা লৈহৌ হায়বগে
তোল্লবীগী মীৎকি মনি ।
লাক্লোগবা মুংশিবা ননাইনা কৌজরি পাম্মুবা
থরায় নঙনা য়াঙড্রেগা হকচাংভনা করম লৈহৌনি" ।

ইবুঙো ! ননাইবু ঙাইবিরমখো ।

( চেনখিবা )

[ কলি খেক্লা খেক্লা নোক্নুনা নোক্নুনা থোকখি--
অরাপ্পদা 'ইবুঙো' ইবুঙো ]

# ৩বা তাঙ্কক

## ১বা উৎপা

## উমং---নুঙ্মিদাংবাই

ফি মচেৎ অম শেক্তুনা নল চঙকই

নল ॥ নুঙাইরে, দময়ন্তীবু থাদোক্লম্বসি ওক্লোক্লা নুঙাইরে মাদনা ঐগী অপুন্নবা ওইরম্লবনী । মাদী হৌজিক মপামদা নুঙাইনা

লৈরম্রিগনি। মাগী দমক ৱাকফম লৈত্রে, ৱাই শাংলে।

( মন্নুংদা কলি–মুঙাইগনি, নল
নঙ মুঙাইনি কলি ঐনা চঙলবদা
আ হা হা হা )

ঐঙোন্দা কলি চঙলবা! চঙজসমু কৈদৌনি। ঐগী করিসু লৈত্রে, ঐশ্বর্য্য লৈত্রে, দময়ন্তীসু লৈত্রে। করিনো হৌজিক নঙনা ঐঙোন্দগী পামগদৌবা। হা হা হা। কলি লাক্কে লাকচৌ, পুষ্কব লাক্কে লাকচৌ। ঐ হৌজিক থবাক লোংনা ঙাইরি। কনানো আদগী মুপীসে…দময়ন্তী! দময়ন্তী… ( মীৎ নোইথোইক্তুনা য়েংবা ) মমাঙদা মুপীগী মকোক পায়ব অকিব ফংলব অচৌব মুর্ত্তি অমা চঙত্তুনা লেপ্লবা) কনানো নঙ! নরক্তগীরা? নবক্কী লীলা শাম্নরিবরা? মুপীবু অহুক থীনা তৌরিবা করিগিনো মীহাৎপা! মুপীহু থাদোকখো! নত্রবদী নঙ ঐগী খৃত্তগী হিংফম লৈত্রবনি খঙজৌ।

[ মুর্ত্তিহুনা খেন্ন নোকপা ]

অহুদি নঙ হিংচাবরা?

( মুর্ত্তি তম্না চঙশিনবা )

মুর্ত্তি। অঙাওবা! কনাদনো নঙনা ঙাংলিবদো? ঐ কলিগী মনাইনী। ঐগী ইথৌ হাৎপনী। মুপী ওইগে ওইয়ু, মীপা ওইগে ওইয়ু। ঐগী ইথুং য়ৌরক্লবদা হিংফম লৈত্রবনী।

কলিগী য়াথং নঙগা মরূপ শাম্নৌ হায়দুনা লাকপনী। লাউ মরূপ কোম্নসি লাউ। (চঙশিল্লকপা)

নল। হাই, নরক্কী দূত। চথোকখো চৎলু।

[ মুর্ত্তি অদু মাঙখি—অনম্বা উমং অদু পুমঙাল ঙালহন্দুনা নীংথিজবী মুপী অমা মোমোন নোক্কুনা ইশৈ শক্কুনা চঙকই ]

ইশৈ :—

মীৎকা মীৎকা চানসি
হায়নীংবস্থ হায়নসি
লাকখো লাউনে পামুবা।
লাকখো লাউনে মুংশিবা।
নঙগী মায়থোং মুংশিবা
ঐগী মীৎকী লৈফম্নী
মুংশিবা হৈহল্লগা
মুংশিদনা তোকেরা?

[ ইশৈ লোইরগা কেহুনা মোমোন নোক্কুনা নলগী মনাক্তা চঙশিল্লকপা ]

নল। মুপী চথোকউ। নলবু অদুম তৌহুনা শুন্ধৎপা য়ারোই। কলিগী লৌনম চঙবা য়ারোই নলদা। মুপীগী শক্তা নলবু শুন্ধৎপা য়ারোই। অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ নঙবু ঐ ইমা কৌগে। ইমা! নচাদা অদুম তৌনা নমথাক তৌগম্নু।

হুপী। ঐ মায়থীরে, নংগী নরাইহে অঙুদা ঐ নঙোন্দা চঙ্বা ঙমত্রে। ( মঙোমদা ) ধর্ম্ম লৈবা ইন্দ্রি খুতুম চনবা মীদদী ঐগী শক্তি লৈতে ) [ থোকখি ]

[ সনা হাপ্পা পুথম অম পায়দুনা
নীপামচা অম চঙ্লকই ]

নীপামচা। পুখমদা হাপ্লিবসি করিনো নঙ্ খঙব্রা ? সনানী, শেল ঙাক্নী। লম্বীদগী খুল্লকপনী। নঙ্ য়াম্না ৱান-নংনা উরে, লৌজহৌ।

নল। লম্বীদগী খুল্লকপা। মরাইবকথীব অমনা চীথরম্লবনীদো! ঐ মাহু লৌরোই নীপামচা। মপু অহু থিদুনা খর পিবিরু।

নীপামচা। নঙগী অৱাবা কোকনৌ হায়বনী।

নল। নীপামচা ঐ মীগী পোৎ পামদে। কনানা নঙবু অশুম তৌ হায়দুনা ঈনশিল্লকই চৎলো, মপু থিদুনা পীরু চৎলু।

নীপামচা। পঙব্রেদা নঙসিদে। নখুত্তা লক্ষ্মী ফংলগা কাওথোকপা!

নল। ( শাউনা ) চৎখ্রেনে।

নীপামচা। (লৈথোক্লুনা) অবস্থা অসুক থীরবদা মখুত্তা লক্ষ্মী ফংলগা কয়া লায়না লংথোক্লিবা! মাবু শুক্ষাৎনবা শক্তি লৈতে।

( থোকখি )

[ খঙহৌদনা বন মনুংদা লম্মে চাল্লকপা মৈথু ৱা-ৱা থোক্লকপা। "চাকএ শিরে কনা লৈবগে খর কনবিয়ে৷" হায়দুনা লাউরকপা ]

নল। কনানো লাউরিবসে। ইঃ কয়াদ কনথ্রব মৈরীনো ? মায়কৈ মরিমক মৈনা কোয়শিল্লক্লে। (অরাপ্পদা য়েংবা) কনানো অম মৈঙ্গুংদা লৈখ্রে।

( চেনথোকখিবা )

কলি অমুক চঙ্লকই

কলি। অঙকপনীদা নীপা অসিগী মতৌ অসে। ঐনা অস্নক নোম্বসি অরেম্বদা তাইদা। অম থাজিন্দুনা য়েংই কান্নদে অম থাজিন্দুনা য়েংই কান্নদে। লম্মে অমুক চাকহল্লে। কর্কট অম মৈনা চাক্তুনা শিগদৌরে হায়না লাউরকপা তাবদা করিমতা অকিব লৈতনা মশাগী খুদোংথীবা থন্দনা মাবু কনগনী হায়তুনা মৈঙ্গুংদা চোংশিনখ্রে। চোপখ্রেদা ! তাইবং মীগী মকমদ; অমুক চোপ্পনীকো।

( থোকখি )

নল। (মকমদা) তৌবিমল খঙদবা ! নথন্নায় কনবিরগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্তুনা চীক্লিবা। হুগী মৈচাক অসি থাঙবা ঙমদ্রে।

কর্কট। ( মকমদা ) মহারাজ নল। ঐনা তৌরিবসি তৌবিমল খঙদবা নত্তে। নঙগী উপকার তৌরিবনী। ঐন তৌরিবসে মিংশেল থাহুনা য়েংলগা খঙগনি। ঐনা চীকপদগী নঙগী শক অহু হৌজিক কনানস্থ খঙবা ঙম্নরোই। শকফম অসি ওন্থোক্লিংবা মতমদা ঐবু হেক নীংশিংলকউ। নঙগী হান্নগী শকফম অহু অমুক হুপ্পিলহনগনী।

[ য়াম্না অরাব ফিবমদা দময়ন্তী চঙলকই ]

দময়ন্তী। ইবুঙো কদোমদা লেঙখ্রিগদগে। ইবুঙোনা লেঙখিবা লম্বী ওইরবদী লৈস্নু চাইদুনা তারমগনী, উচেক রায়াশিংনা মুংশিনা ইশৈ শক্কনী। অসোমদা লেঙমদবা তাই। অদুদী ঐ কদোমদা চৎকনী। মায়কৈ কদোমদা চৎলগা ইবুঙোবু ফংগনী? বন অসিস্নু ঐঙোন্দদী মুংশি হৈখিদ্রে। মাগী শা-কৈ অদুনা কদাইদা লৈব্রবা! ঐবুদী হঙ্গোইরবরা করিনো? চানীংদ্রমাল্লে? চোংথদুনা থরাই থাবা য়াব তুরেল অচৌব অমতস্নু থেংনদ্রে। এ, লাইরেল অমা লাক্লে, ঐবু য়োংকে হায়দুনা ঐবু তম্না চঙশিল্লক্লে। ফরে, মাগী থয়াক্ত চঙলগা ঐগী অরাবা কোকখ্রগে। লাইরেন! লাকও ঐবু য়োংলরো। অরাবা অসি ঐ পুদুনা লৈবা ঙমদ্রে।

( হোচ্চিনখিবা )

( শাতানবা অনীনা থত্তুনা অমুক হন্দোক্লকপা )

ঐবু শোক্কনু, ঐবু শোক্কনু।

১বা শাতানবা। ঐনা নঙগী দথরায় কনবিবনী। ঐনা লিল অদু হাত্রবদী নঙবু শোয়দনা য়োংলম্নগদোবনী। কৈদৌরে, তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরবদে। ঐনা নথরায় কনবিরবনীনা নঙ ঐগী ওইরবনি।

২বা শাতানবা। করিগী ঐদী য়াওত্ররবরা? ঐবু মী নত্ররবরা?

১বা নথস্তগী করম্না ওইগদৌরিবা?

১বা নঙগিদী করম্না ওইগদৌরিবা। ঐনা মাগী মথন্নায় কনবা নত্রা? ঐগিনী।

২বা মাহু য়ারোই, ইবানী হন্না চাঙয়েংনখিনি।

১বা ঙাইখো। নঙোন্দা লৈনীংবন্না ঐঙোন্দা লৈনীংবন্না হান্না হংথিসি। ইবানী থংনবা কান্নদে।

২বা ফরে, ফরে, হঙু।

১বা মুপী নঙ, ঐখোয় অনীগী মরক্তগী কনাদা লৈনীঙি শেংনা হায়ু।

দময়ন্তী। করি! অহুম হায়বা হৌনদে। ঐগী লম্বী থিংগনু। ঐহাক ইপুরোইবা থিবা চংলিবনী।

১বা ইয়া। ঐনা নঙবু শিগদৌরবদগী কনবিরকপা নত্রঃ? কাউ-রবন্না। অদুগা চংলগে হায়বা শারিনে। ফনবু মুঙাইনে।

দময়ন্তী। লম্বী থাদোকউ, ঐবু থিংগনু।

১বা চান্নবা কন্না মহায়রি হায়রগা। হৌজিক ঐখোয়গী খুত্তগী নাম্থোক্কদৌব কদাইদনো?

( দময়ন্তীবু ফাগে তৌবা
দময়ন্তী কোয়চেন চেনবা
চেনবা ঙস্মক্তহুমা তুথবা )

(মরুমদগী মৈরি ফ্রি ফ্রি কামহুনা মুপী খোঞ্জেন্না লাউরকপা)
"সতীবু শোক্কনু মাগী মশা হেক শোকপদা নখোয় অনী উং ওইজগনী" তাবদা শাতানবা অনী কিহুনা চেনখিবা ]

দময়ন্তী। ইমা ইবেমা? সতীরাণী! নচাগী অন্নাবসি য়েংবা মুঙাই-

রিবরা ? ননাইবু কয়ম ইাঙু হায়রিবনো। ননাইবু লৌশিনবিরো।

( চংখিবা )

[ কর্কটনা চীকপগী থীরব শককমদা নল চঙকই ]

নল। মুঙাইরে, ঐনা পাম্বমক থোক্লে। ঈশিংদা তাব ইমি য়েংবদা ইশা ইথস্ত ফাওবা অকিবা ফংলে, শক থঙত্রে। মীনদী করম্না থঙগনী। নঙনা হায়বা চুমই কর্কট বন্ধ ঐ নঙগী লমন তোল্লে।

( বিদুষক চঙকই )

বিদুষক। ( নল উবদা ) বাপরে কনানো'সিদে।

( লাউডুনা চেনখিবা )

নল। আ-হা-হা-হা। মরূপ্পফাওবা ঐবু শক খংদ্রে। নিষধগী নল লাইবক থীবদা নত্রে। মীনা কিনবা মুর্ত্তি ওইরে।

২ বা উৎপা

# লমী অয়ুক।

রুক্মীগা ফিজং ওল্লব সবিতাগা চঙলকই

রুক্মী। ইমা ! ঐবু বিদায় পীরো। নোংমু ঙাল্লে। কোম্মুংদগীসু কন লাপ্পা চংথোক্লক্লে। হৌজিক্তী থোইন চিংনকম লৈত্রে। চঙনীংবা মকমদা চংপা য়াররি।

সবিতা। নঙ্ দী কমদোবা ?

রক্ষী। ঐদী কোন্নুংদা অমুক চঙহ্নুনা কৈশুমশঙ্ ঙাকউখিনি।

সবিতা। নঙ্ অমুক হনগদোরিবা ? নঙ্ না ঐবু থাদোকএ হায়বসিদী কনাস্নু খঙদবা লৈত্রে। হৌজিক হনখিবদা নঙ্ বু দঙি ফংলোইদ্রা ? খঙঙী ইমা ! ঐবুদী শোয়দনা হাংলগদোবনী। মাহ্র ঐ করিস্নু থৌশাদে। ঐগী মুঙাইবা হায়ববু ইমাবু তমথীব অহ্নগী মথুত্তগী কল্লক্লিব অসিনী। ঐ শিবা করিস্নু কিদে। ইমাগী পদধূলিদদী পীবিয়ু।

সবিতা। করিগীনো নঙনা ঐবু থাদোক্লিবদে। ঐগীদমক নঙ্ করিগী শিগদগে। চৎসি ঐবু অমুক হান্নগী কৈশুমশঙ্ অহ্নদা থম্মু।

রক্ষী। মাহ্ ওইররোই ইমা। হৌজিক চৎলুরবদী ঐখোয় অনীমক্কী ফংলরোই। ইমাস্নু ইমানা লেঙনীংব মফমদা লেঙ্ ঙো। ঐগীদমক করিস্নু খনবিরুম্নু। ধর্ম্ম হায়বহ্ন লৈরবদী, ঈশ্বরবু লৈরবদী ঐগী ফত্তব করিস্নু থোক্লোই। ( পদধূলি লৌহ্ননা ) ঐগী কবচ হায়ববু অসিনী। মাসি য়াওরিঙৈদা ঐবু কনানস্নু কৈদোবা ঙম্মোই। ঐ চৎলে ইমা।

( থোকখি )

সবিতা। ঐনা তৌরিবসি চুম্মিবরা চুমদবরা ঐ ভাব করিমতা তাদ্রে। ঐনা তৌরিবসিদী মপুরোইবগী মফমদা মুপীনা তৌফম থোকপদী নত্রে। মুপী হায়বসিদী মপুরোইবগী ময়াথং

মখা পোনগদোবনী। মপুরোইবনা হায়বমখৈ ইনগদবনি।
ইচেমগী ইবেম্মা দময়ন্তী! নওনা কদাইদা লৈখ্রবা?
দময়ন্তী।

( চেনখিবা )

৩বা উৎপা

## বন--য়াচঙবা মতম।

কলি চঙ্লকই।

কলি। খাঙবা ঙমদ্রে। অস্থুক চোপ্পা খাঙবা ঙমদ্রে। মাগী ব্রানবা তৌব্রা হায়ববু মাঙোন্দা চঙলুবদগী কর্কটনা চীকপগী মৈচাক্তী ঐনা ফংলে। খাঙবা ঙমদ্রে। করি উপায় তৌনি। চুম্না লাক্লবদী ঙমদ্রে, হাৎনবা তৌবা তারে।

( পুষ্কর চঙলকই )

পুষ্কর। ঐনা খল্লিবস্থু মাক্তনী। মাবু হাত্তোক্কনদী ঐখোয়গী মৈচাকসি কোক্কদবা লৈত্রে! মীনা নুংশিদবা মীনা নুংশিদবনা ঐগী রাজ-আভরন ওইরে। প্রজা পুম্নমক ঐগী বিরুদ্ধদা লৈখ্রে, নলদা লাইনীং ওইহনা লৈখ্রে। শাসন ফন কম্না তৌই। ফলনা ওন্ন-তৈন ওইখ্রে। হৌজিক করি উপায় লৈরি?

কলি। নল হাৎপ নত্তনা তৌনীঙাই লৈতে। মাবু হাৎলবদদা ঐখোয়গী নীংবা থুংগনি। অমুক থীনা নৈরবদা মখোয় অনীগী প্রেমত্থ করিমতা হুন্থদে।

পুষ্কর। মা লৈরিবমখৈ প্রজানা ঐবু য়াগদৌবা লৈত্রে। মাগী আশা লৈত্রবদদা ঐবু কিগদৌবনী। মাসি হাৎলসি মরূপ!

কলি। অছুবু মাবু হেক হাৎপসু য়ারোইদৌরি। নল হায়বসি পূন্য চেনব মীশক্রী। পাপ চঙদে। মাগী অপমৃত্যু লৈতে।

নল। নঙ্ ক্ষেত্রি নত্তে, অছুনা কিরিবনী। নঙগী নতেং অমতা লৌররোই। কদোমদা চৎলগা মহাক থেংনগদগে অদুদী তাকউ। ইখুৎমক্লা থবক পাঙনবা তৌজরগে।

কলি। (নোক্তুনা) ফরে মরূপ তৌরো। ঐহাক দময়ন্তী থিরুখিগে। (চৎখি)

পুষ্কর। ঐ মরুমসিদা লোত্তুনা লৈরগে। মী থাগে (চৎখি)

[শকফম কায়রব নল চঙলকই]

নল। কনাগী খোঙথাংনো তারিবসে। দময়ন্তী লাক্লবরা? হুঁ মাদী ঐনা হুন্দোকপীরম্লে, কদাইদগী অসিদা লাকপা ঙমগদগে? শা-কৈ মরক্তা শূকখ্রব বন মনুংদা মাগী সহধর্ম্মনী হুত্তোকপা ঙম ঐগী ইকমদবু দময়ন্তী কদাইদগী লাক্কদগে? হকচাং অসি পুবা ঙমশিল্লক্করে। খৌরাংবনসু খৌনাউ অসিসু খ্রক খ্রক কংখরে। ঈশিং খুয়া অমত্ত ফংলবদী নুঙাইখ্রনিদা।

[হু য়ানব ঈশিং পুত্থনা পুষ্করকী মনাই অম চঙলকপা]

পুঃ মনাই। সে--সে। ঈশিং পামই হায়বত্থ নঙ নত্রা ? লৌরোসে, নঙগী দমক্তা য়াম্না রানা লোক্লুংদগী থিরুরিবনী।

নল। কদাই।

[ নলনা মখূৎ তিংতোকপা, নীপাগী ফিজেৎ শেৎপা সবিতা চেনশিল্লক্ক্না নলগী মখুত্তগী ঈশিংগী পাত্র মুন্দুনা লংথোকপা। নলনা সবিতাবু মুন্না য়েংহুনা লৈবা ]

সবিতা। (মতোমদা) ভগবান! মপান নাইত্রব নঙগী থৌজান্নী। ননাইবু মতম চানা থুংহনবিরৈদা। অস্মুক রারব মরাইবক থীরব অসিবু হাৎকে তৌরিব !

নল। ঈশিং খজিক্ক থক্কে তৌববু থকহন্দবা ন্নুংশিহৈতব নঙবু কনানো ?

পুঃ মনাই। হৈ শকথীবা! নঙবু কদাইদগিনো ? অস্মুক রানা ফংলক্লব ঈশিং অত্থ অরেম্বদা মাঙহল্লি। নঙবুদী হেক হাত্তোক্লগা পেনগনিদা। ( নলদা ) নঙ ঙহাক্তং লৈরমখো, ঐ ঈশিং লৌরুখিগে।

: [ সবিতাদা খা-না য়েলম্লগা চৎখি ]

সবিতা। থরায় থাগদৌরবমকস্থ মাসিনা পুরকপ ঈশিংদদী থকউ-রম্বুকো। ঐ ঈশিং লৌরুখিগে। মাসে নঙগী য়েক্লবনী, পুষ্করগী মনাইনী। [ থোকখি ]

নল। অসিদস্থ পুষ্কর য়ৌরক্লবা। অসি য়ৌনা নৈরবফাওবদা পেন্ত্রিবা। ( লৈপাক্তা ওনবা )

[ ঈশিং পুত্থনা সবিতা চঙলকপা ]

সবিতা। মে থকলোসে।

[ নলনা ঈশিং থক্লপা পেল্লহুনা হায়রকই ]

নল। চঙজকম লৈত্রবগী মরূপ! নঙবু কনানো?

সবিতা। ঐগী ইশক থঙনীংবরা? থঙনীংলবদী নঙগী নশক হাম্না তাকখো।

নল। ঐগী শক তাকউ হায়বা! হা-হা-হা।

সবিতা। কৈদৌদনা নোকইবা?

নল। ঐ চাকনিবনী হায়বসি নঙ উরেদনা। অদুদা ঐগী ঈশক হংলিবন্থু নোক্লীংব্রদো।

সবিতা। চাকনিববু নিংথৌনা হাৎকে তৌরিবসিমকন্থু নোক্লীংব্রদো।

নল। নোক্লীংব য়ানী। তোল্লব চাকনিবসি হাৎলগ নিংথৌগী করি তোংজগদৌরিবা। ( তপ্পা হৌগত্তুনা ) নঙনা ঐগী থরায় কল্লে, নঙগী লমন্দী শিংবা ঙমদ্রেদো

( চৎকে তৌবা )

সবিতা। কদাইদা চৎলগগে?

নল। কদাইদা চৎকনি—মীৎনা পুব লম্বীদা।

( থোকখি )

সবিতা। ঐশক তাক্লমদনা চৎখ্রেদো। চিংনরেদ! খোম্ফমদী মায়ম্রেদা। নল নত্রবদহু মহারাজনা করিগী হাৎকে তাম্নরুগনী? কৈ য়েংগে, মাবু স্নুকথা থাদোক্লোই। করিগুম্ব মতমদা দময়ন্তীগী মমিং হাইফেত্তহু পল্লকপা য়াইদনা। থাদোকপা য়াদ্রে

( থোকখি )

[ মায়কৈ অমরোমদগী পুষ্করগা
মনাইগা থোরকই ]

পুষ্কর। কদাঈ। নীপামচাহুদী কদাঈ ?

মনাই। উথোঙ অসিদা লৈহৌবনি। মানা ঈশিংহু থক্লে হায়হুনা পাত্র অহু হেক থাঙ্গৎলকপদা কদোমদগীনো পাইশিল্লক্কুনা পাত্র অহু লাক্কুনা লংথোকখিৱনী। অহুদগী মবানী করি করিনো ঙাংনহৌই। ঐস্থ স্নাচরন্দা হঙ্গৎকে হায়হুনা চেল্লকপনী। মখোয় অনী চৎমিন্নরম্বা তারে।

পুষ্কর। কনা ওইরিগবা। ঐখোয়গী খুজীল অহুনা মানা করম খঙলিবা। অহুস্থ ঐখোয়গী থবক্তী লেপ্পা য়াদে। চৎলু মখোয় থিরুচৎলু লাপ্ন চৎলমখিরোই। উথক্তা কারগা মচীন্দা হু তোপ্প তেন্ন হেক্ত থাউ। মাবু হাৎলবদী মনা চাউনা পীগনি। চৎলো থীল্লম্থ।

মনাই। ( জাকপা উহুনা ) এঃ চৎতবস্থ য়াৱনি। মখোয় অসোমদা লাক্লে।

[ অনীমক থোকখিবা ]

( নল, সবিতা চঙলকই )

নল। নীপামচা নঙনা ঐগী ইতুং কোঈন ইল্লিবসি করিগীনো ? ঐদী কলিনা উম্লগা মীশক্লী। ঐগী ইনাক্তা লৈরবদী নঙ য়াম্না ৱাগনী। চৎলো, ইথন্ত ৱাজগে, শিরবম্থ ইথন্ত শিজথৃগে। য়াত্রবদী লাউ, ঙসাইগী মকমহুদা চত্তুনা ঐ শিবা ঙাইগে, নঙ কনবা ঙম্ব্রা য়েংউ।

সবিতা। নঙনা খল্লিবহু লাল্লে। ঐনবু নঙবু কনবা ওম্বরা ? ঐখোয়বু শেম্বীব মপু ঈশ্বরনা কনবিবনি। নঙবু শিহন্নীংঙ্গবদী অমু- কস্তু মানা শোয়দনা কনবিরগনি।

নল। করে, য়েংসি'হুদী। (হায়নী মফমদা অমুক চঙহুনা কমই) নঙদী চৎলো, ঐবু য়াহল্লন্থু। নঙনা ঐগীদমক তৌবীবা ওক্লে।

সবিতা। ঐদী করিস্থু তৌদেনা।

নল। করি তৌদে! য়াম তৌখ্রে। ঐগী থয়াম কনবিরে অসিদগী হেনবা উপকারবু লৈরিবরা ? নঙ চৎখ্রানে।

সবিতা। করিনো নঙনা ঐবু অমুক কন্না তাল্লিবসিবো ?

নল। অমুক হংলন্থু। নঙ লৈরগা ঐগী য়াইচিনবা য়াম্না হেল্লী। ঐগী লাইরেম্বীবু······ হু নঙ চৎখ্রানে।

[তেল অম পাইশিল্লক্লুনা নলনা
মনাক্তা ফম্লহ্না উ অহুদ্রা পানবা,
মাহু উবদা সবিতা থংহুনা লেপ্পা]

সবিতা। চেনখ্রো নঙ চেনখ্রে। হন্দকমুক্তী শোয়খ্রে অমুক হুল্ল- ক্লবদী মতৌ থীবা তারে।

[নলদা কাপ্লকপা কহ্নোক্কে
হায়বা মওংদা নলগী মমাঙদা
সবিতা লেপ্তুন্না লৈবা।]

নল। নত্রে নীপামচা নঙ চৎখ্রে। নঙ লৈরিবমথৈ ঐস্থু অসিদগী কল্লিমতা লেঙঙরোই। মাবু থাদোকখিবা মতম অহুদা···

নল। হুঁ মঙ চৎলো চৎখ্রানে।

সবিতা। কনাবু থাদোকপা' দম——

নল। তুমিন লৈয়ু অঙাওবা। দময়ন্তী হায়বদী কনানো? ঐদী মশক খঙদেনা। চৎলো।

সবিতা। নঙবু নল মহারাজরনে?

নল। মচোম্পাক নাইদবা অঙাং।

[নলনা সবিতাবু যুগে তৌবা,
সবিতানা চপ লেপ্তুনা লৈবদা
নলস্থ তৌফম খঙদতনা লেপ্তুনা
লৈবা। মতম অল্লমক্তদা য়েরুবনা
কপ্পকপা তেল অমনা সবিতাগী
মশাদা পান্দুনা সবিতা লৈপাক্তা তুবা।]

নল। করি থোক্লে হৌজিক্তী! ঐবু তৌবিমল খঙদবা তাহল্লেদো।

সবিতা। চেনশ্রো চেনশ্রো। হুনী ইস—

নল। ঐবু কনবিরল্লগা নহাক নশকফাওবা তাকলমস্রে। ওস্থো-কপনীদা। মরাল কবিস্থ লৈজল্লব অঙাং অসবু করিগী অসুক শুংশিহৈতনা হাৎলিবা। ঝা ঙাওনে নীপা নঙবো

[নলনা সবিতাগী মকোক
মতম্প্যাক্তা থাঙ্গৎপদা নীপা
শাবগী কোয়েৎ অতু তাখিবা
অতুদা মশম-মনা ইফা ফাবা
মুপীগী মশক উবদা ওক্তুনা লাউরকপা]

নল। ইমা! নঙ ওইরেকো! ও

সবিতা। উঃ ময়াই কনঞ্রব হুনী, চেলহোঁরো।

[ শিবা ]

[ ঋতুপর্ণ নিংথৌগা মনাই অনীগ
চঙকই, মনাই অনীনা পুষ্করগী
মনাইবু য়োংহিলং চন্দুনা পূরকই ]

ঋতুপর্ণ। হৈ মীহাংপা! হিংচাবা! করিনো নঙনা তৌরুরিবসে। নঙগী তমথীরব মীচং অসিগী দণ্ডিদী ইলায় লায়না পীবা য়াদ্রি। মসি ফাঙ্গুনা অসুম পুজেম্মু, কোন্নুং য়োরগা মাগী দণ্ডি পীগনি।

পুঃ মনাই। ( ঋতুপর্ণগী মখোঙদা তুহুনা ) ঐনী মীনাইনি। মপুগী য়াথং ইঞ্জবননী। ঐগী ইন্নাল করিস্থ লৈতে।

ঋতুপর্ণ। মুপী হাংলু হায়দুনা য়াথং পীবা নঙগী নবুঙো পাপী অদু কনানো? হায়ু নঙগী নবুঙো অঙাঙবা অদু কনানো? মকম কদায়দা লৈ।

পুঃ মনাই। ননাই ঐবু ঙাকপিয়ু। মাগী মচাক চারুরে, মাগী মমিং তাকথোকপদী ঙমজরোই ঐগী পীবিগদৌব দণ্ডি পীবিরো।

ঋতুপর্ণ। নঙবু থবক অসি তৌরু হায়দুনা থারক্লিব অসিগী মরম করিনো?

পুঃ মনাই। ঐগী ইবুঙোনদী মুপী হাংলু হায়রক্তে। মহাক্না হায়রকপদী মুপী অসিগা লৈমিন্নরম্বা নীপা অম্বিবু হাংলু হায়র-

কপনী। ঐস্থ মহাক তমহুনা কাপ্পা তেলনী, শোয়হুনা সুপীসিদা পানখিবনী।

ঋতুপর্ণ। অহুদী মসি ওক্তবী সুপীবা?

নল। অহুগুম্বা ঝাহে অহু হায়বিগনু। ঐগী ইমা অসিদী স্বর্গগী লাইবেম্বীনী। অহুগুম্বা মীশক নত্তে। ইমা ইবেমা! নঙনা তৌগ্রিবসি করিনো? হিংবগী কাম্নত্রবা ননাউ নীপা অসিগী দমক মমল নাইত্রব ইমাগী পুনশি লোইরেদকো খঙদবশিংনা নঙগী লুরব চরিত্র অহুদা কলঙ্ক হাপ্নীংলে।

ঋতুপর্ণ। নঙনা হাযরিবহু করিনো? সুপী অসি নঙ মশক খঙবরা?

নল। লাইরেম্বীনী।

ঋতুপর্ণ। ফরে, নখোয বন্দীসি পুবম্মে।

নল। ঐ করিগুম্ব অমতং হায়জব য়াগত্রা?

ঋতুপর্ণ। কবি হাযনীংই?

নল। নীপা অসি পুবগা কবি তৌবিগদৌরিবনো?

ঋতুপর্ণ। দণ্ডি পীগনি হায়বিবহুনী। লেম্না তোক্লোই।

নল। মবাল লৈতব মীবু দণ্ডি পীবসিদী বিচার কৌদে।

ঋতুপর্ণ। চুমই, নঙনা হায়বা চুমই। অরানব মীহুবু কদাইদা লৈবগেনে?

নল। মাহু তাকপা ইতীক ওইদে।

ঋতুপর্ণ। হাযু অকিবা লৈতনা হাযু।

নল। মহারাজগী স্নায়াথং লৈরবদী দণ্ডী মতৌ অমতং নীংশিংজবা য়াগত্রা?

ঋতুপর্ণ। য়াগনী, হায়ু তাসি করম্বা মওংগী দণ্ডি ?

নল। লাল্লিবা মী অহুগী থম্মোইদা থং হেক পানবা অহুগা তমথীরব য়াথং অহু ঙাক্লিব মনাই অসিসু নাম্বোকপা য়াদব অসিগুম্ব দণ্ডি পীবিয়ু।

ঋতুপর্ণ। ঐনা পাম্লিবসু মাহুমক্কী। দণ্ডি মওং অহু তারসি।

নল। অহু ওইরবদী মহারাজ। মবুঙোগী য়াথং ঙাকপগী খুদম ওইনা মুপীসিগী অশি মশা অসি মবুঙো অহুগী মনাক্তা পুন্থনা চংহনবিখো।

ঋতুপর্ণ। অসিনা লোইরবরা ?

নল। লোইজরে অসিতনী।

ঋতুপর্ণ। হৈ মীহাংপা। অশিব মশাসি নঙগী নবুঙো অহুবু উহলু চংলু পুখ্রো। মাসি নঙগী দণ্ডিনী। পুল্লিবহু থাদোকউ, অশিব হকচাং অসি পুন্থনা চংহনখ্রো।

[ ঋতুপর্ণগী মনাইশিংনা পুষ্করগী
মনাই পুনবা থাদোকপা
মনাই অঙনা সবিতাগী অশিব
হকচাং অহু য়েংবদগী ঙকপা।
খোঙগাপ অম-অনী হন্দোকপা ]

পুঃ মনাই। ঐঙমজররোই, ঙমজররোই। ঐবু হাংকে হাংপীয়ু; কক্কে ককপিয়ু। অশিব হকচাং অসি ঐগী ইবুঙোগী নাক্তা পুন্থনা চংপদী ঐ ঙমজরোই।

ঋতুপর্ণ। করিনো মানা হায়রিবসিহু।

নল। মাসি নিংথৌগী য়াথংনী থঙু।

পুঃ মনাই। ( ঋতুপর্ণগী মঙোঙদা তুদুনা ) মহারাজ ননাই ঐবু হাত্তোকপিরে!! অশিব হকচাং অসি পুতুনা চৎপা অতুদদী তাকপিগন্নু।

ঋতুপর্ণ। য়াবোই মীহাৎপা ! মসি নঙগী শাস্তিনী। পুথ্রো চৎলু।

নল। মপুমীংব নীপ ! মহারাজগী য়াথংদা ভাক্তবা য়ারোই। নঙগী পাপকী প্রায়শ্চিতনী মাসি।

পুঃ মনাই। য়াবীত্রবনীনা অদুমত্তাযবে। ঐগী পাপকী প্রায়শ্চিত তৌজবগে। নিংথৌগী যাথং ভাকচরগে।
( সবিতাগী অশিব মশা পুতুনা চৎখি )

# ৪বা উৎপা

## উমং—মুমিদাংবাই।

কলি চণ্ডলকই

কলি। চাক্লে চাক্লে। কর্কটকী হূনা চাকপনে, কল্লবপগী মৈনা চাকপনে ঐ থাঙবা ঙমদ্রে। তাইবঙমীদা চণ্ডলগা অসুক চাকনি হায়বসি খল্লমদেদা। মরোল অহুম জয় তৌরব ঐনবু করিসু লৈত্রব জীব অমগী মক্ষমদা মায়থীববনিকো, চোপখ্রেদা। হোৎনখিনি, খম থেংনা হোৎনখিনি তোকখিরোই আশা থাখিরোই। ( চেনখিবা )

( পাঞ্জী শাহুনা বিদুষক চঙলকই )

বিদুষক। কন চৎলে, উমং-রামং চীং-মান, তু-খোং কন-য়াম্না য়োরে। অদুবু অনীমু থেংনবা মলৈখিদরে। ঙসি অহিং অসি থুঙ্গং অসিদা লৈরগে। হয়েং নোং-ফুং ভানবদগী অমুক হোগে। লৈবাক অসিবু ঐখোয়গী মহারাজগী মকু-ইবুঙোগী লৈবাক্কী হায়না তায়। তৌরিবসিবু অমুক অচা-ইবীদগী হৌব তারবরা? তাংদাংব অমতংদী খঙখিদবা য়াদে। কনানা খঙগনি, ঐখোয়গী ইবেম্মা অদুস্ন মপামদা ইমুং মুঙাইবমথৈ লৈখোক্লম্বা য়াই। কত্রেগা মহারাজগী চিন্তামনি ওকশমদা য়ান্দুনা লৈরমগত্রা? ( অরাপ্পদা পুষ্কর লাকপা উদুনা) কনানো'সিদে। ময়াম্পুং পুষ্কর কত্রা? অসিদা অমুক কৈদোব লাক্লিবা? কৈ কিদুনা চেল্লগা শরোম ওক্লবা তারবরা? হন্দক্তি হিংফম লৈতে। ঐগী শক অসিবু খঙখিদ্রনে? [ ফমদুনা লাইরিক পাব। ]

[ রাখল তৌদুনা পুষ্কর চঙলকই ]

পুষ্কর। ( মতোমদা ) হৌজিক ফাওবা হল্লঙদসিনদী থবক পাঙবা ঙমদ্রবরা করিনো? হু-খুৎচুমগ্রব নীপানী, শোয়রোই। অনাবখাঙবগী খোঞ্জেলসু তাখি। খোঞ্জেল অদুদা অখঙব খোনকম ওইনা তৌইদা। শোয়দেদা নলনীদা। তেল্লা পানবদুদা নাদুনা লাউবনীদা। ( বিদুষক উদুনা ) কনানো অসিদা ফমদুনা লাইরিক পারিবসিনা। মতৌ য়েংবদনী পাঞ্জীকক্পা মাল্লী। অচিকপা অসিদা শাস্ত্র-চর্চা তৌবা

ম'তৌনী। (ফোংনা) মহাশয়! নহাকপু কনানো? অসিদা করম্বা শাস্ত্র য়েংবিরিবনো?

( বিদুষক পুষ্করগী মকোক্তগী মখোঙ ফাওবা মুয়া য়েংলগা লাইরিক অমুক য়েংহুনা লৈবা )

পুঃ। হে করম্বা মীপানো নঙবো। নমা পঙবয়া? নরোল থোক্তববা? মীনা হংলবদী খুম্বা হৌনবনী।

বিদুঃ। নাস্থু তায়, লোন থোক্তবস্থু নত্তে। নঙগুম্বা মঙক হাইগৎপ মীগা মায়োক্নহুনা য়ারেম ঙাংনীংদহুনা তৌবনী নঙগী লৈবাক্তদী নিংথৌ ওইজরম্বস্থু য়াগ। ঐহাক অচীকপ অসিদা জ্যোতীশ-শাস্ত্র চর্চ্চা তৌরি। নঙোন্দা ঐনা কবিস্থু তৌবদে। করিগীদমক ঐগী থবক থুগায়রি?

পুঃ। (মতোমদা) মসি ঐবু শক খঙলবমালেনে। পাঞ্জীস্থু ওইরবমালে। ঐনা খর কল্লপ ঙাংবহুনা শাউরমালে। খর থোংনা ঙাংহুনা য়েংগে। (ফোংনা) ব্রাহ্মন ওই-রবরা? ঐগী খোল খর কনগ্রব মালে য়ারৌবিগনু।

বিদুঃ। নিংথৌ ওইগে ওইযু, অম ওইগে ওইয়ু চিন্তাগী হু কারবা মী অদো অসিয়াইদা লাকপগী থোইনা কায়রোই। নঙনা লোম্না তৌরিবা নপুক্নীংদা খল্লিবা পুম্নমক ঐ লোইনা খঙই। নহাক পোথাক্ম খঙব্রব মীনি। কল্লকপা মী-হৌবগী মৈনা চাক্রে।

পুঃ। অশেংবমক্নী মহাশয়! ঐগী অঙাংবা তপথবা লৈত্রে।

য়েক্কবগী মক্কমদা হন্না হন্না মায়থীরে। য়েক্কবশিং অসি করম তৌরগা মাঙহনবা ঙমগদগে ?

বিদুঃ। কুইদ্রে, ধর্ম্মনা জয় ওঈবা, অধর্ম্মনা তুম্বা। মসি লেঙত্রবা শাস্ত্রগী বাক্যনী।

[ পুষ্করবু থা-না য়েংলম্লগা মোমোন নোক্কুনা চংখিবা ]

পুঃ। মানা হায়রিবসিবু করিনোনে। ঐগী পুক্লীংসি থুক থুক লাউইদা করিনো ?

( ফিনা কুপশিনব সবিতাগী অশিব মশা পুত্নমা পুষ্করগী মনাই চঙকপা )

এ নঙ লাক্লে! নঙগী থবক নীংথিনা পাঙথোক্লমলেদনা মুঙাইদ মরম ওকইদা। অশিব মশাত্নুদী কৈদৌদনা পুরক্লিবা ? ঐনা থাজরম্মোই—অসিরা ? নঙবু করিগী থাজরোইদৌরিবনো ? মুঙাইরে পেগ্লে। সে—মুক্তা পরেং অসি নঙগী মনানী লৌ।

( পুষ্করনা মঙকশমদগী মুক্তা পরেং লৌথোক্কুনা মনাইদা পীগে তৌবদা মনাইনা লৌদবা তুংলোমদা হন্দোকপা )

মনাই। ঐহাক মনা অসিগী মণিক চাব মী নত্তে। ঐবুদী হাত্তোক পিরো। ঐদী মুপী হাংপা মমা হাংপ হিংচাবনী। হাংপনা ঐগী মতীকচাব মনানী।

পুঃ। করি ! কনা হাংলুরবা ? ঐগী য়েক্কবা হাংলু হায়ত্নুনা থাথ্রগা কনাগী মুপী হাংলুরে। করে কৈদৌবগে ! অমবু হাংলবদী অত্নু মঙায়।

( মনাইনা মথুং নীরা নীরু সবিতাগী মশা কুপ্লিবা ফি হাংদোকপা )

পু: । করিনো 'ছদে ? মূর্খ ! কনাবো নঙনা হাংলুরিবসে ? সবিতা--সবিতা ! ঐদী নঙবু নশক খঙলুদ্রে । নঙদী মমল নাইদ্রবা মণিনী । পাঞ্জী অঙনা হায়রম্বা চুমদ্রেদা ! কলঙ্ক মিহৌবনা মীৎ অসি তাঙজনা হৌনদবা থবক ভাক্ত তৌখে । লাইগুম্নবা ইনাউ নীপাবু তাম্হোকখে । নলঃ ! ইয়াম্বগী ইবুঙো নহাকপু কদাইদা লৈরিগদগে ? মাবু থিরুখি-গনি । লাল্লে হায়জরুখিনি । মাগী লৈবাক মঙোন্দা হনখিগনি । অনুতাপকী শারবা পিনা ঐনা তৌখিব পাপকী প্রায়শ্চিত তৌখিনি । সবিতা নঙদী ঐগী ইরাল কোক-পিররোইদ্রা ?

[ সবিতা পমজনা চৎখিবা মনাইসু মমায় খুমজিন্দুনা ইম্নখিবা ]

৫বা উৎপা

## বিদর্ভ-কোনুং

মুমিদাংরাই ।

রাণীগী পাঞ্জী-শাব কলিগা রারী শারমই

রাণী । করিরানো ঠাকুর । লুহোঙঙরবী জুপীগীবু অমুক স্বয়ম্বর তৌবা হৌনদেদা ।

কলি । অসিবু চানব স্বয়ম্বরনে ? তৌশিন্নবনীনে । লৈকম খঙজ্রিব

ময়া ইমুঙোদো নচা ইবেম্মনু তশেংনা মুংশিন্নবদী দময়ন্তীগী স্বয়ম্বর অমুক তৌগনি তাবদা শোয়দনা লাক্কনি।

রাণী। অসিবু ধর্ম্ম থোক্লিবরনে ?

কলি। কন্নিগী ধর্ম্ম থোক্লোইদৌরিবনোনে মহারাণী ! মপুরোইবনা ছন্দোক্লম্লবী মুপী অমবু মপুরোইবগা অমুক তিন্নবা তৌববু অধর্ম্ম হায়গদ্রা ?

রাণী। মা অসি মহারাজনা য়াগনী নীংদে।

কলি ! য়ানী নীংদে হায়রুনা তুমিন্না লৈথোকপদী চুমদে মহারাণী। যেসা শক্তি তৌহনা য়াহনগদোবনী। নচা ইবেম্মগী মশক অসি মুম্না উত্রিবরা ? অহুক নীংথিজব মায়থোং অহু মায়হিংনা পুম্ম্ মুখ্। য়েংব য়াখিদ্রে। ঐনা হায়রিবসি তৌদবা ইয়া য়াদ্রবনী। (লৈথোক্লুনা) দময়ন্তী স্বয়ম্বর অমুক তৌগনি হায়বা তারবদী নল কৈদৌঙৈদমু লাক্লরোই। হন্দক্কীসিদং নীংবা থুংবরা য়েংগে। (চৎখি)

( দময়ন্তী চঙলকই )

দময়ন্তী। ইমা ! ব্রাহ্মণ অহু কনানো করি তৌব লাকইরনে। ?

রাণী। পাঞ্জি হৈব মপুক য়াম ফব ব্রাহ্মণনী। নঙগী দশা য়েংহল্লিবনী।

দময়ন্তী। করি হায়রমই ইমা ! লাক্লরোই হায়বরা ?

রাণী। হন্নকথিনি হায়, — অহুদা…

দময়ন্তী। অহুদা কৈদৌরম্বা, ফংলরোই হায়ররনে ?

রাণী। হায়দেদা। নঙগী মতুংগী ফনব ওন্থোকপ থবক অম তৌব তারিবা।

দময়ন্তী। করিনিনা? ফগনি হায়রবদী তৌদনা।

রাণী। স্বয়ম্বর অমুক তৌ হায়রে। অসিবু অঙকপা ব্রা নত্রদো?

দময়ন্তী। করি ব্রানো অতুদে ইমা? মুপী অমগীবু স্বয়ম্বর অনীরক তৌই হায়রবা? তাবদা ফাওব পাপ পুব ব্রানী। মপুক ফত্তব ব্রহ্মন্নী, ঐখোয়বু পাপকী লম্বীদা পুগে তৌরিবনি। মরা লৌব য়াদে।

( ভীমরাজ চঙলকই )

ভীম। অঙকপা ব্রা অম লৈরে রাণী। রাজসভাদ ঙসি পাঞ্জী ব্রাহ্মণ অম লাক্লমই। ঐগী মরমদা মমাঙদা ওইখিব, হৌজিক ওইরিব পুম্নমক মানা ওন্থোক্লা চুম্না হায়ব্রে। দময়ন্তী স্বয়ম্বর অমুক তৌ হায়রম্মীনে। মুপী অমগী স্বয়ম্বর অনীরক তৌবদী শাস্ত্রগী বিধি কায় হায়তুনা য়াম্না য়েৎনরে। অতুদা মানা হায়রিব অসিনী— থাঙ্গৈংশেংনা স্বয়ম্বর তৌগদৌব নত্তে, স্বয়ম্বর তৌগনী হায়ব তারবদী নল মহারাজ শোয়দনা লাক্কনী। স্বয়ম্বর তৌগনি হায়তুনা নিনবদা নিন্থোকউ অসি ওইরে মানা হায়রিব। অতুদা ময়ামস্থ ফরে হায়নরতুনা পাউ অসি নঙবু তাহম্নীংতুনা লাক্লিবনী।

রাণী। ব্রাহ্মণ অতু অসোমদা লাক্তুনা ঐঙোন্দস্থ অঙুম হায়-রম্মীনে। চাননা তৌগদৌব নত্রবদী য়াইনা। চৎলু

ইবেমা লাই থুরুল্ম্ চংলু। ঐদী করেম্নরিবমালে হায়রুনা ব্রাহ্মণ অহুবু য়াম্না থীনম্নু হায়রুরে। লাইনা তাকপ রাণী হন্দক্কীসে।

ভীম— ঐগী ইচানুপী অসি লাইনদী চানবিবোইরে। রাণী— ঐখোয়গী মতম ফররুবনী হৈ— চংলসি মাসি থুনা থোক্কবা শীন্দব য়াদে।

( পুম্নমক চংথি )

৬বা উৎপা

## চামার খুঙ্গঙ্

লক্ষ্মীগী য়ুম—সন্ধ্যা

( তুলসীবুঙ্ ময়াদা বিদুষক্কী ব্রাহ্মনী ফমদুনা লৈ )

ব্রাহ্মণী। ভগবান! তমথীরবশিং অসিগী মথুক্তগী মনাইবু অমুক্তা কনবিয়ু।

( সুখদা চঙলকই )

সুখদা। হৈ মুপী নঙনা লম ইহেল হেল্লদুনা তৌজব শারিবসিবু কৈদৌজব শারিবনো? লুপা শঙবাই অম পীদুনা লৈরক-পনীনে নঙবো। নঙবু ঐনা কৌ শু হায়বমুক রারীবসিবু করিগীনো? ঐগী ইচাবু মশক থীবস্নু নত্তবা! মাঙোন্দা লৈজৌ হায়বীবদী নরাইবক্কু শাবরা ঈংবররা য়েংজহৌ হায়।

ব্রাহ্মণী। ইমা! নচাসুপীগুম্ববী ঐঙোন্দা অহুগুম্বা রা অহু তাক-পীগমু। ঐদী ইপুরোইবা লৈরিবী ব্রাহ্মণীনী।

সুখদা। চবেৎ চবেৎ ঙাংগমু তানীংদে।

ব্রাহ্মণী। তৌবিমু ইমা! ঐবু থাদোকপীয়ু। পুমথা থাদোক-পিরোই-হায়রবসু নখোয়গী মীনাই ওইহুনা অস্তম লৈজগে।

সুখদা। ইরেমা য়াউ। নত্রবদী লক্ষ্মু লাক্লগা নশম লাক্‌না হাইরনি হৌজিক।

ব্রাহ্মণী। হাইরিমু ইমা।

সুখদা। ইয়া! মাসিদে লম হেনভ্রেদা! লক্ষ্মু, লক্ষ্মু! তারিবরা নঙবো। অসোমদা অমুক্তা লাউ।

( লক্ষ্মু চঙলকই )

লক্ষ্মু। করি থোকএ, নখোয়না তৌজব শারিবসে ঐনা হায়দ্রাও চোপ্তুন্না তোকণী হায়হুমা। অসোমদদী আচার্য্যী খুরা-খোয় ময়াম পৈহুনা লৈরে। থবক অতৈ চৎকদোবা য়াম্না লৈ থুনা লোইথোকসি হায়। নখোয়না অসোমদা হৌজিক্তা ইনৌ নৌনা নৈনহুনা লৈরে।

সুখদা। মুপীসি লম য়াম্না হেনখে। ঐগী শক্তি লৈত্রে, নঙনা থোকপা তৌরো।

লক্ষ্মু। হৈ মুপী। চৎলু চৎসি।

( ব্রাহ্মণীগী মশম পায়হুনা চিংবা
ব্রাহ্মণীনা তুলসীবুও কোন্দুনা থাঙবা )

ব্রাহ্মণী। হে ঈশ্বর ননাইবু কনবিয়ু। ননাইগী সতী-ধর্ম্ম মাঙহন-
বীগনু।

[ মন্থুংদা "মাঙলে, মাঙলে" ]

লক্ষ্ণ। করিনো ময়াম লাউনরিবসিবো।

[ লক্ষ্ণগী মচানীপা পমতুনা মন্থুরা চঙলকপা ]

মন্থুরা। নখোয়না তৌজব কর্ম্মগী ফলনী। চামার ওইনা পোক্লগা
ব্রাহ্মণনুবীবু শোকউবা। মৈদা থুং থিংজিল্লবদী করি ওইবা
হৌনৈ।

লক্ষ্ণ। কৈদৌরে মন্থুরা ? ঐগী হরিয়া কৈদৌরে ?

মন্থুরা! হরিয়া লিন্না চীক্লে।

লক্ষ্ণ। অতুগা হৌজিকফাওবা মাইবা কৌদনা লৈরিবা ?

মন্থুরা। নঙ লুহোঙগদৌরিবনি হায়তুনা খুলগী অরৈবা মীমথৈ
তিন্দুনা লৈরে। মখোয় ময়াম লোইনা চঙতুনা য়েংলবনী,
য়াররোই হিংলরোই হায়রে।

লক্ষ্ণ। হরিয়া হিংলরোই হায়বা। মাঙলিবসিগী মরুদি মুপী
অসিনী। মাবুদা চঙনা মৈ থারগা লোইরে।

মন্থুরা। তানীংদে তুমিন লৈয়ু। অমুক হায়রবদী নরৈ থৎকনী।
নঙনা হৌনদব লমচৎ চৎলুবদগী নচা শিবনী।

লক্ষ্ণ। (চেনশিন্দুনা ব্রাহ্মণীগী মখোঙদা তুবা) ইমা। ঐগী ইরান
'পুম্বা ঙাকপীয়ু। ইচাবু হিংহল্লু হিংহল্লবদী নঙবু থারোই।

ব্রাহ্মণী ঐনা হিংহনবা ঙম্বা নত্তে। ঐগী সতী ধর্ম্ম কনবিরিবা

লাই অতুগী খুৎযাদা নচাসি হু গল্লু! মহাক্তনা মচা হিংহনবা ভমগদৌবনী।

লক্ষ্ম। ঐখোয়দী তোল্লব জাৎনি, চামাবনী। লাইস্থ খঙজদে, ঐখোয়গী লাই হাযববু নহাক্নী। মন্নুরা! হুবিয়াদো লাইগী খুৎযাদা হুঞ্জিনজ্রো। হবিযাগী থব্লায় পীরো ইমা!

ব্রাহ্মণী। (মমীৎ উইশিন্দুনা খুৎলোম্নবগা) ভগবান! ননাইবু অনৌঘ অন্নাবা অম অমুক পীবিরে। ননাই অসিবু জ্ঞান তাহন-বীরবদী মচাগী থব্লাযস্থ পীবিবোদনা।

“দৈববানী”

“বিদর্ভ লৈবাক্তা ব্রাহ্মণী অসিগী মপুরোইবা ব্রাহ্মণ অতু লৈবনী। ব্রাহ্মণী অতুবু মপুরোইবগী মনাক্তা থিনবিরু। মফম অতুদা নিষধ লৈবাক্নী নিংথৌ নল মহারাজ লৈরিবনী। মাঙোন্দা নচাগী মথব্লায নিযূ।”

লক্ষ্ম। মন্নুরা তাবিববা? চৎলসি, ঐখোয় ইমা পুন্নুনা চৎলসি। ইমাগী কৃপাদগী হৃযাবু অমুক্তং ফংব্রা যেংসি। লেঙসি ইমা।

( পুন্নমক চৎখিবা )

৭ বা উৎপা

## বিদর্ভ সহরগী লম্বী

অয়ুক

ঈশৈ শকুনা সন্ন্যাসী চঙলকই

ঈশৈ—

পাপকী লৈচীল তাক্লক্লে
পুণ্যগী মঙাল ফাওরক্লে।
হৌরক্লে শান্তিগী ঈরা,
থীক্লক্লে অমৃত-ধারা;
কপ্পা নোকপা মচীন্ননাউনী,
অরাবা মুঙাইবা থৌমু-নাউমুনী।
পাপকী মৈশা কুইবা য়ারোই,
ধর্ম্মগী ঈফুৎ কংবা লৈরোই।

শকুনা চংখি।

মকোইচোম্বা পাঞ্জীগী ফিজেত্তা বিদূষক চঙলকই।

বিদূষক। ঐবু মঙ মঙলিবরা, তাইবঙলা। মৃগয়া চৎপনী হায়রদুনা থোক্লকপা মুমিত্তুদগী ঙসি ফাওবসি অঙকপগী অঙকপা ঙাক্ত মঙায়ক্লে। ভুৎচাউ থেংনবগী মতাং অদুমা হৌক্লে। হেজিক্লা হামগী পারাদা অমুক হঞ্জিল্লে। ভীম নিংথৌগী মচাহুপী দময়ন্তীগী স্বয়ম্বর অমুক তৌগদৌরে। অ্যানবু

অমত তারক্কে। কাম্নদে, ঐনা লাকপগী মরমদী পাণ্ডদবা য়াদে। দময়ন্তী স্বয়ম্বরগিনী হায়দুনা মায়কৈ মরিগী নিংথৌ তিল্লে। পাউ অসিবু তারবদী ঐখোয়গী মহারাজসু লেঙকপা য়াই। মহারাজ লেঙকই লেঙক্কে হায়বসিমতংদী খংদোকলুখিগে। ( চৎখি )

৮বা উৎপা

## বিদর্ভ কোনুং

নিংথৌশিংগী থুংফম—অয়ুক

ঋতুপর্ণ অমসুং শারথীগী ফিজেত্তা নল।

ঋতুপর্ণ। শাথোবা! নহাক্কী বিদ্যা অসি উবদা ঐ পুমণক ঙকল্লে। অসুক শাংগ্রবা লম্বীবু অসুক থুনা য়োরকপা অসিদী কনাদগী তম্মকপনো।

নল। নল মহারজগী মফমদগী তমজরকপনী। মাসিদসু নত্তে, মৈ য়াওদনা চাকথোংবগী বিদ্যাসু তম্বীরকই।

ঋতুপর্ণ। নহাক নরাইবক ফবনীপানী। অদুনবু ফঙমদ্রব বিদ্যা অসি কংলিবনী। শগোল থোৗবগী বিদ্যা অসি ঐঙোন্দা তম্বীরবদী, ঐসু নঙোন্দা মীনা মায়থীবা পীবা ঙমদব চৌবরগী বিদ্যা তম্বিগে!

নল। লেঙলসি, ঐনা খঙবমথৈ তাকচগে। (অনীমক থোকখি)

[ কলি চঙলকই ]

কলি। ঐগী নীংবা থুংত্রে। হন্না হন্না মায়থীরে। নলগী হকচাংদা চঙলুবদগী কর্কটকী হুনা চাক্লে। থাওবা ওমত্রে। কর্কটকী হুদগী চিন্তাগী হুনা অমুক হেন্না কনত্রে। করিমতা কাম্নত্রে! ঐগী নীংবা থুংনবা হায়রুনা বিদর্ভ-নিংথৌদা ইনশিন্দুনা দময়ন্তীগী স্বয়ম্বর অমুক তৌনবা শিল্লে। ফলনা ওন্ন-তৈননা চৎখ্রে। নল লাক্তনব তৌরগা মানা হান্না থুংলরে। হৌজিক্তী শোয়ত্রে—দময়ন্তীগা মবানী থেংনথ্রগনী। হৌজিক্তী কৈদৌনী। মখোয় অনীগী মফমদা মায়থীরে। উপায় লৈত্রে। নলদা চঙদুনা লাংল্লে হায়জরুরসিরা? চাকখ্রেদা।

[ থোকখি ]

( বিদুষক লাকল অমদগী চঙলকই )

বিদুষক। কদাই—নিংথৌস্ন থেংনদে। অদুবু ঋতুপর্ণ মহারাজগী শাথৌবসি ওম্ভোক্লা চিংনরেদা। মগাক মৈ য়াওদনা চাকথোংনা ওমই, মানা হেক পাম্বা মতমদা ঈশিং ফংই, অদুগা মীনা উদবা বিদ্যাম্ন হৈ হায়রি। হাযরিব বিদ্যাশিং অসিদী ঐখোয়গী মহারাজ নত্তনা অতৈ হৈ হায়বা তাদে। শক্তা অসিনা মহারাজ ওইরমগনি হায়বসু থাজদে। মহারাজগী কুচুদী লৈহাউ লৈবেনগী কুচুনী, মাসিদী মুখনা কাহংলে। শালগ্রাম হুংহুমঙায়খ্রে;

ভাব অমত্তা তাদ্রে। এ মাস্থ লাকএ অমুক্তবু উনখিগেদা।

( থর-থৈদোক্তুনা লৈ )

( নল চঙলকই )

নল। ( মতোমদা ) দময়ন্তী স্বয়ম্বর অমুক তৌগনি হায়না তারিবসিবু অচুম্বা ওইরিগদ্রা ? করিগুম্বা অমা থন্দুনা তৌবা ওইরিগদ্রা। নিংথৌ ময়াম লাক্লগা স্বয়ম্বর সভাদা চঙত্রিবসিনা করিগীনো ? অঙকপা ঙাক্তা তায়খে। [ চিংথকপু উত্থনা ] এ বামোন অম লৈরিবসিদা অমুক্ত হংখিগে। মহাক থর থঙলথস্থ য়াই ( চঙশিন্দুনা ) থরুমজরি ব্রাহ্মণ।

বিদুষক। মঙ্গল ওইয়ু।

নল। দময়ন্তীগী স্বয়ম্বর অমুক তৌগনি হায়না তারিবসিবু অচুম্ব ওইরবরা ? অদুগা নিংথৌ ময়াম লাক্লগা মথোয়বু সভাদা কৌশিল্লিবা অসিনা করিননো ?

বিদুষক। ঐদী তোরব ব্রাহ্মণী নিংথৌগী পুক্লীংককা থঙজদে।

নল। অদুবু কোম্নং অসিদা দময়ন্তী লৈ লৈতে হায়বসিদী থঙবিরিগনিনা।

বিদুষক। স্বয়ম্বর তৌগদৌরিব কন্যাবু মমুমদা লৈতবদী কদাইদা লৈরকনি হায়বগে ?

নল। লুহোঙলবী ছুপীবু অমুক স্বয়ম্বর তৌবসি মকম অসিদা চংনবরা ?

বিদুষক। ( লৈথোক্তুনা ) মাসিনা অসুক কুপনা য়েংশিল্লিবসিদা করিগীনো? মাদী চুম্মী শাথোব অমনী। ওহোল্লা চিংনরেদা থোনকম অসিদে।
( কোংনা ) চৎনরবসু মাত্থলা নঙগী করি অকায়বা লৈবগে মহাশয়?

নল। অদুদী দময়ন্তীগী স্বয়ম্বরদী শোয়দবা তারেদনা?

বিদুষক। ( মতোমদা ) থোনকদা মত্তে, শাওং-শাদাসু হৈজিন্নবনি। থেল্লবিবসি কুচুসিদা।
( কোংনা ) মহাশয়গী করি করি হায়বিপদৌবা লৈরিবগে। ঐ কোল্লুং মল্লুংদা ওহাক্ত চঙজরুগে।

নল। ( ফিংনা ) চলংগে হায়বা মরুপ। অদুদা ঐগী ইথৌ করিসু লৈতে।

বিদুষক। ( মতোমদা ) মরূপ হেক্ত মকৌব, অদুদগী থুরে হায়বমখৈ শককম হঙ্গিনথিবা! চিংনবসি অসুম হেঙ্গংলক্রে। কুচু অসিতনা তোক্লবনীকো।
( কোংনা ) করিগীনোনে মহাশয়না অসুম লাঙতক্করিব-সিবো? লন্নাইগীবু ওইরবসু কোল্লুংগী ঈ-পাঙদী থর থঙবিনীংলেদনা?

নল। দময়ন্তীহু স্বয়ম্বরগীদমক শেম-শারিবন্না, অদুগা স্বয়ম্বর সভাদা থোরকদৌরিবন্না অদুদদী থঙবিরকউ।

বিদুষক। করে,—থঙজরকে। মহাশয়না কদাইদা লৈরম্বা?

নল। অসিদা অসুম লৈজরমগে।

বিদূষক। য়াম্না ফরে'হুদী। ঐ অমুক্ত চঙজকখিগে।

[ চঙখি ]

নল। লাইমকপু থোওইদহুনা, ইন্দ্রানীগী খুবম করিস্থ ওইনা উদহুনা ঐভোন্দা বরমাল্য হুকপ্রবী সতী দময়ন্তীনবু অতোপ্পা নীপা অমগী সেবা তৌবা।

[ কলি চঙগই ]

কলি। নঙগী হুপীদী নমাঙমক্তদা স্বয়ম্বর তৌগদাবে। অসিবু য়েংহুনা লৈবগী শক্তকপুদী শিখিবনা থোইনা কৈ। শিখ্রবদী মাসিগী মুভাইত্তব লৈরবোই!

নল। ঐভোন্দা পাউতাক পিরিবা নহাবপু কনানো? দময়ন্তীনবু মাস্থম তৌগনি খনব্র? ঐদী পাপকী থবক তৌবা ওস্কোই।

কলি। অদুবু খল্ল; নিষধগী মপু! নহাক্তী মীচম মক্তে। মসিদা জগৎনা নঙবু তুকচবোইদ্রা, নঙবু খীনা ভাংনরোইদ্র? অসিগুম্বা মীনা নোক্নগদৌব ফিবম অসিদা নঙবু হিংহুনা লৈনীংইবরা? ইকাইদ্রা?

নল। নিংথৌদী কনা? কনানা হকাইদোরিবা?

নলদী লন্মীগী চাকনিবনী। মীগী মচাক চাহুনা মীগী মপাল ভাংহুনা লৈরবনী। হৌজিক মাগী ইকাইবা অচোপ অরেম করিস্থ লৈক্ষম থোক্তে। চংলো। নঙগী লৌনমনা ঐবু শুদ্ধংপা য়ারোই। নল মশাগী মথৌ মুম্না থঙব মীনী।

কলি। ঙসি নঙ্ লম্বীগী চাকনিব ওইরি। হয়েং নঙ্গী লৈবাক অমুক ফংলবদী করি তৌগনী ?

নল। নঙনা ঐগীদমক অমুক খনবীরিবসি করিগীনো ? ঐ নঙগী নশক খঙলে, নঙ কলিনী। নহালমখৈ ঐভোন্দ চঙহনা নঙগী থবক পাঙগে তৌবদা থবক পাঙবা ঙমদ্রহনা ঙসি মুর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লূনা ঐবু শুষ্কাংকে হোৎনরি।

( কলি মাঙখিবা )

[ নোং-মুংশিং কম্না তৌবা

নোংচুবা, নোংথাঙ কৃপ্পা ]

নল। করিনো খঙহোদনা তৌরক্লিবসিদে ?

( কলি চঙলকই )

কলি। নল মহারাজ। ঐবু কল্লু। ঐ চাক্রে, খাঙবা ঙমদ্রে, কর্কটনা চীকপগী মৈচাক অসি খাঙবা ঙমদ্রে। অরেম্ব। ইতীফ নত্তনা ঐনা নহাকপু শুষ্কাংকে হোৎনরুরে। ঐগী কর্ম্মগী মতীকচাব মহে ফংজরে। নহাক্কী লাইগী শক্তিনী। নঙগী নফমদা ঐ মায়থীরে, ঐহাকপু ঙাকপিয়ু। ঐ নভোন্দগী চোংথোক্লবনী। কর্কটকী চৈনা অসি খাঙবা ঙমদ্রে।

[ নলগী মমাঙদা খুকউখুদক বুনবা ]

নল। নহাক লাইনী, লাইনা মীদা হায়জবা হৌনদে। হৌগৎপিয়ু। ঐভোন্দা অত্থম তৌবগনু। লাকও মরূপ কর্কট। নহাক্কী রাশক ঙাক্লরো। ঐবু চীক্লুন. নঙগী হু চিংথোক্লরো, কলিগী নীংবা থুংহল্লরো।

[ মরুমদগী কর্কটম্‌া লাউরকপা ]

কর্কট। অ সদগী উথা অসিদা চেল্লিবা তুবেন অসি তাম্না লাকউ, ঐ লৈরমগে; নঙগী কনীং থুংমবা তৌগে।

নল। প্রভু! লেঙসি; অরাবত্থ কোকইঙ্গরগে।

কলি। ধম্যমী মহারাজ!

( অনীশক চংখি )

[ মাকল অমরোম্মদগী বিদুষক চঙ্‌লকই ]

বিদুষক। শাথোবত্থ কদোমদ চংখ্রে। কোয়্গং চঙলুই পূমঙক ওক্‌খ্রে। মপান্দনা স্বয়ম্বরগিনী হায়দুনা পুমলাও লাঙখ্রে। লৈবাক পূমমক্কী নিংথৌ তিনখ্রে। মত্থুংদনা অমনা কপ্পুনা শাথোবগী মপাউ তাবদা মপান্দা চেম্থোরক্লে। ফি মচেং অমা শেংলদুনা হৌজিক-ফাওবা চাদ-থক্তবগী ফিবমদা লৈরি। অসিবু কদাইদগী স্বয়ম্বর তৌগবনো? শাথোবত্থগা উমগনী হায়দুনা অঙাওবীগুন চেম্থোরক্লে। অসোমদা মহাক্কী লৈরমদ্রে, ঐনা হৌজিক করি হায়রনি।

[ ফি মতং অম শেত্থুনা অঙাওবীগুম দময়ন্তী চঙলকই ]

দময়ন্তী। কদাই ব্রাহ্মণ! নঙনা হায়ব। সার্থী অদুদি কদাইদা চংখ্রে?

বিদুষক। ঐনা মাবু মফম অসিমক্তদা ওাইদুনা লৈরম্ম্‌ হায়রম্মী। কদোমদা চংখ্রবনো! ওহাক্ত লৈরম্ম্‌ ইবেমা! ঐ ঋতুপর্ণ নিংথৌগী অসোমদা অমুক্তা য়েংলুখিগে।

( থোকখি )

দময়ন্তী। লেঙক্লগা তম্না অতুম লেঙথ্রোরে। ব্রাহ্মণগী মচীন্দগী মাগী মগুণ তাবদা ইবুঙোনা সারথি শাহুনা লাক্লম্বনী হায়রা খঙলে। স্বয়ম্বরগী রা তাবদা শাউহুন লেঙথ্রালে। ওস্তোকপনীদা ইবুঙো! ননাইগী অবস্থাদস্থ য়েংবিরম্মুনে।

( মহৌশাগী শকক্তমদা নল চঙলকই )

নল। দময়ন্তী! স্বয়ম্বর তৌগনি হায়রিবসিবু অচুম্বরা?

দময়ন্তী। ইবুঙো! ( চেনশিন্দুনা নলগী খোঙদা তুবা )

নল। হৌগৎলু চানখোইবী স্বয়ম্বরগী রা তাবদা ঐদি পুমঙক ঙকল্লুরে।

দময়ন্তী। ঙক্তুনা লেঙক্লবা হায়দুনা তৌরিবনী। স্বয়ম্বর হায়জরবদী কদাইদগী নমাইবু নীংশিংবীরক্কদগেদো।

নল। নঙগী স্বয়ম্বর অমুক হন্না তৌগনী হায়বহুদা ঙক্তকম লৈবরা? লুহোঙবা অমদী স্বয়ম্বর হায়বসিদী অমুক্তগী হেনবা য়াদে হায়বনিমা।

দময়ন্তী। নল-দময়ন্তীগীদী মশীং নাইদনা তৌবা য়াইনা করি অকায়বা লৈবগে?

নল। অহুবুদী চুম্মীনে। ঙসিসু তৌখিগদ্রা?

দময়ন্তী। ঙসিগী স্বয়ম্বরগী লৈ পরেংদী মীংকী পীমা।

[ বিদুষক লাউহুনা চঙকপ ]

বিদুষক। বলিহারি সারথি মহাশয়! মহাক্না তৌরিবা কুম্মেসি তৌরেদা। স্বয়ম্বরনা হৌখিবা স্বয়ম্বরনা লোইবা। কল্লকপেল্লে।

নল। ব্রাহ্মণ নহাকপু কনানো ? নগী খোঙ্কমসি অখণ্ডব খোঙ্কম ওইনা তৌই।

বিদুষক। হৌজিক ফাওবা খঙবিত্রিবরা ! খঙবিদবনা করে, খঙ্গা কৈকাম্লগবনো, থিবা য়ায়া রাখে।

নল। মরূপ। নশক তাক্নবসু য়ারে। ঐগী লাইবক থীবনা অসুক কুইবদি কায়নবনী। অসিদগীদী মরূপ, অমুক থাদোকদোব লৈত্রে। [ বিদুষকপু কোনবা ]

দময়ন্তী। ইবুঙোগী মরূপ অসিগী কৃপাদগী ঙসি ইবুঙোবু ফংজবনী। মাগী লমনবু মপোক অসিদা শিংবা ঙমগদ্রা ?

বিদুষক। লমন্দী ইবেমনা শিংগদৌবনী। অদু নত্রবদী মহাজনদী করম্না পানগনি ? অমুক্ত পুন্নপ শিংবা ঙমত্রবসু কিস্তি ওইনা খর খর থীবিয়ু। করি হায়বগে মহারাজ ?

নল। মানী মরূপ।

( ঋতুপর্ণ চলকই )

ঋতুপর্ণ। বাহুক ! ( শক খঙক্না ) ইহে। ঐগা সারথী ওইরম্মী-বসিদী নিষধগী মবুঙো নল মহারাজ ওইরে ?

বিদুষক। মসি মিত্রং হায়বদুনী মহারাজ ! মহারাজগী সারথিসে বহুরূপিনী। মহারাজগী সারথি ওইরমই, হৌজিক্না নল মহারাজ ওইরে। কনানা খঙবনো অসিদগী অমুক ঋতুপর্ণ মহারাজ ওনথোক্লকপরা করিনো।

দময়ন্তী। অদুসু করি কায়বগে ? মহারাজসু ঐখোয়গী মী ওইরেদনা।

( ভীমরাজ চঙলকই )

ভীম—ঐখোয়গী মী তশেংনা ওইহল্লগে হায়ত্নুন' লাক্লিবনী ইমা ! মহারাজ ঋতুপর্ণদা নঙগী ননাউ অসি কংকে লাক্লিবনী। ( ঋতুপর্ণদা ) মহারাজ। নহাক্কী সহায়দগী ঐনা নল মহারাজবু অমুক ফংজবনী। নহাক্কী উপকার অসিগীদমক ঐগী ইচান্নুপী অতোপ্পী সুনন্দা অসি নঙোন্দা কংলগে। ব্রাহ্মণ নহাক্না ঐগী ঈছুৎ শিন্দুনা ঙসিগী ময়াম অমুক তিম্নবগী উৎসব অসিদা য়াওবীরনবা লেঙবিরক্লিব নিংথৌ ময়ামগী মফমদা নিমন্ত্রণ থর কংথো।

[ হরিয়াগী অশিব মশা পুত্নুনা লক্ষ্ম, মন্নুর অমসুং ব্রাহ্মনী চঙলকই ] .

লক্ষ্ম। মহারাজ মহারাজ ! ননাই ঐগী ইচা হিংহনবিয়ু। (নলগী খোঙদা তুবা )

নল। নঙ কনানো ? করি তৌ'রে ?

লক্ষ্ম। ঐগী ইচা হরিয়া লিম্ন চীক্কুনা শিরে। মাবু হিঙ্গৎহনবিয়ু মহারাজ !

মন্নুরা। পাপকী ফল হায়বসিগী খুদক খুদক্কা ফংই মহারাজ ! চামারনা লাইগী হকচাং শোক্লুবগী পাপনা মাগী মচা শিরিবনী। দৈববানীনা মহারাজগী নাক্তা চৎলগা হায়জক্ক হায়ত্নুনা লাকচরিবনী।

নল। নথেয়না হায়রিবসি ঐ করিমতা ভাব তাদে।

মন্নুরা। ননাই অসিনা (ব্রাহ্মনীদা থিন্দুনা ) সতী অসিগী মফমদা

নত্তব লমচং চৎকে তোৌরবদগী লতীগী মীৎকী পিনা লিন ওইদুনা মখী মচা চীকুম্না লিবনী।

বিদূষক। করি। ঐগী পোৎ মওমা মিত্তাকরিবা!

ব্রাহ্মণী মচোম্পাক মাইদনা ভাংথদু হুবা।

বিদূষক করি য়াদো নোংম নিনিঙং উমরুদবলিদা মপুক ওম্রবরা।

ব্রাহ্মণী। অহল অনিমা ব্যবহার কায়না ভাংজিবনিবু করি তৌবিগে হায়বীরিবগে মহারাজ?

নল। চুমই মরুপ! ইথঙ থঙনদব তুপী অমদা অমুক্ত হায়বীরদী মপুক মুংশিকম থোকইদনা।

বিদূষক। মহারাজনু চাওবিরেদনা। ঐনা লুহোঙহনা লৌজব মুপীবু মশক থঙনদব মুপী হায়রবা! বিষ্ণু বিষ্ণু! ময়াম অসি লোইনা চাওনরবোয়ে। (মকোই লানহনা) ইহে চুমই চুমই। ননাই ব্রাহ্মণী অসিনু লান্দে, মহারাজনু ভাকপিকম থোকই, লাম্রিবদী ঐনী। ঐনা পোয়রিবনী। ঐগী মূর্ত্তি অসিদা কনানা শক থঙগবনো (অশাবা কোয় লৌথোক্কুন্না হন্দোকপা) য়েঙো য়েঙো মুপী! কনা মানী? নঙগী মী মানবরা, মীগী মী মানবরা?

ব্রাহ্মণী। ইবুঙো (মায়থুম চিংথোক্কুন্না বিদূষকী মখোঙদা তুবা)

বিদূষক। পুন্নমক স্বয়ম্বর অনীরক অনীরক তৌনরবনিদা মানা ওম্থোক্লা লিথংরবা হায়বনীমা।

লক্ষ্মণ। মহারাজ।

নল। অহনু ঐবু হৌজিক করি তৌ হায়বগে? কার উপায়

ভৌগনি। ঐগী থবায় অদি পীহনা নঙগী নচাগী থবায় হিংবা য়াপদোবা লৈরবদী ঐ করিমত্তা পাম্লুদে।

( কলি চঙলকই )

কলি। নল মহারাজ। ঐহাক নঙগী নকংদা য়ায়থীয়ে। ঐ পেল্লহনা নঙোন্দা বর পীগে লাক্লিবনী। লৈবাক পাম্বরা, লল পাম্বরা, ঐশ্বর্য্য পাম্বরা করি পাম্বগে মহাক্না অপাম্বা অমতং হায়্।

নল। প্রভু। ননাই ঐ করিমত্তা পামজদে। ননাইবু চানবিরবদী চর্ম্মকারগী মচা নীপা অসিগী মথবায় হিজংহনবিয়ু।

কলি। ধন্যনি মহারাজ! ধন্যনি। নংগী ত্যাগ অসি জগত্তা অতাওবনী। নংগী মীংবা থুংবা ওইরে। হৌগৎলো নীপামচা!

( চরিয়া হিজত্তুনা মপাগা কোম্নরে, মপানা তাক্তুনা কলি, অমসুং নল মহারাজনা চিংবা পুম্নমক থুরুমহল্লে ) তাইবঙপান অসিদা নঙগী মংচৎ অদি অমাঙ-অতা লৈতনা লৈরসু। নোংমগী মসুংদা নঙগী নাম অমুক্তং শোজবা মা অচুগী মকমদা কলি, ঐগী শক্তি লৈত্রে। লাইবক থবী দময়ন্তী! নঙগী পতি-ভক্তি অসিদা ঐ পোত্রে। ঐগী বরদগী জগৎকী সতী শীংথানরকপদা নঙগী নামং অসি মুকোক কান্না লৈরসু। ( মপান্নোমদা লেংথোক্তুনা ) মহারাজ। লেংউ, মঙগী ময়াম্থুংদে অহুতাপগী লৈনা চাক্তুনা মঙোন্দা লাংলে হায়জবে লাক্লে। ঐ চৎলে মহারাজ!

মহারাজ মহারানী অনী দুণ্ডাইনা পানখো।

নল। লেঙবিরো প্রভূ।

( নল দময়ন্তী খুরুমই আশীর্ব্বাদ তৌহুনা কলি চৎখি )

নল দময়ন্তী নত্তনা পুম্নমক চৎখি।

( অঙাওবগুম পুষ্কর চঙলকই )

পুঃ। অসিদা লৈরম্মেদনা ঐগী মনি। ইয়াম্বগী ইবুঙো ঐ নংবু থিরক্লিবনি।

( নল, দময়ন্তী খুরুমই )

পুঃ। খুরুমগনু ( নলবু কোনখত্তুনা ) খুরুম্বা য়াব মীশক নত্তে ঐহাক। শানী, শাদগীসু হেন্না তোল্লব জীবনী। ইয়াম্বনা নঙগী নশক খঙলুদ্রে। ঐ নংগী নফমদা লাম্লে হায়জগে লাকলিবনী। ঐগী ইরান অসি ঙাকপিরোইদ্রা ?

নল। কবি ৱানো য়াম্বুং। ঐগী ইফমদবু য়াম্বুংনা লানবা হৌনবরা ? গুরুনবু শিষ্যগী মফমদা লানবা হৌনদে, ঙাকপিয়ু হায়বসু হৌনদে। মনাই ঐনা লানবা ঙাক্কী। কলি প্রভূগী লীলানী। মীওইবা য়েক্নব কাম, ক্রোধ, লোভ মোহ, মদ মাৎসর্য্য তক্লক অসিদ তোংহুনা শান্নরিবনী। য়াম্বুং করিমতা লান্দে।

পুঃ। লানখে, নঙগী নফমদা ইয়াম্বা য়াম্না লানখে। কল্লক মিহৌবনা মীং অসি তাঙহনা পুন্যাত্মা নহাকপু নশক খঙলুদ্রে। জগৎপু ঐনা মীনম্মুরে। মীনখ্বা, ওইদনবদী কয়া

কুইগনী ? সত্যবু মীনম্বনা নক্সাংপা য়াবা হৌনবরা ? মংগী
লৈবাক লোহোরো, ইয়াম্বদী চৎপ্পগে।

নল। করি য়ানো য়াম্বং ! কদাইদা লেংগদৌরিবনো ?

পুঃ। তীর্থদা সতীগী হকচাং তারিব মকম অছু ঐগীদী মহাতীর্থনী
অছু তান্না চৎকনী। তীর্থ অছুগী লাইনা সবিতানী। সবিতা
সবিতা ( ডাওহুনা চৎখি )

যবনিকা।



